Regd. No. RN 3 4203/79 New Delhi Kangleikhol No. 91




10 TH YEAR OF PUBLICATION OCTOBER 1989 MERA. 3386

সনামহী লাইনিং, পুন্সিরোল, থৌনা কাংলোন, পুন্সিরোল হুলা, ঈনাৎ, লোয়নসিল্লোনগী অমত্ত ওইব সনাই পুন্সিফমগী থাগী চেফোং

হা ঈমা ঈমাও
ওংখোয়সু লাক্ক ঈমা ও।
নোং চৈ [illegible]
[illegible] লাক্লে।
লঙ্গী না[illegible] [illegible]
চৈসু [illegible] লাক্লে।
ঐখোয় [illegible] হকেং চাউরগ
চাৎব বাকোল [illegible]
সনক্কেন থোংগী থোংয়াইদ
সমু তোংদুন লাকপদ
ঈমা নংব বাউজারাই।
হ ঈমা ঈমা ও।

★ নহারোলসিংদি অমুক লালহল্লগুমসি
★ সিবগ মরী লৈনব থৌবল্লোন
★ সনামহী লাইমীংদ পেনা থৌগলগী অহকপসিং
★ লাই হরাউববু ঈরাং কুম্মে ওম্বোরকপ
★ পাউকৎ লোইখ্রব বিষ্ণুপ্রিয়াগী লাল (হায়ণী মথা)
★ নাওইবগী চিঙাক
— অসিনচিংব।




ঈপাম মৈংহৌবে লাঙ্গিং মৈচাক্লে ইঙ্গুনিংথৌ লৈতবরা থাম্বী মৈকল্লো।

লাঃ ৩২৭১ গী মখা

Pleased to approve the proposal of introduction of Bishnupriya Language in the Primary stage of education.

Sd/-
H K Barkakoti officer on Special Duty to the Govt of Assam, Education Department, Dispur

অতুমক্তদ মনিপুরী হাযব রাহৈসি নপসিন্তুন "বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী' হাযন হাযব্রিব ফাওব মহৈ তয় হৌবোই হাযবগী অকন্‌ব খোংজংদ মঙক্ কন্ন হাইগৎতুন ইকাই খংদব মথৈ সিথাং থাংতুন মুক্তুন যান্দুন ওসি ফাওব যেৎসিন্দুন লা'ক্লবসিনি।

মতাংসি য়োরক্লব ফাওবদ ওসিগী মনিপুর লৈঙাক লোযসঙন তুমিন্ন লৈথোকপ অচুম্ব থক ওইবোই অমসুং অসিংব ওইব যা· রোই। Issue অসি অরাইব Issue নত্তে তযাংন লৌব চুমলোই। লৈ-ঙাক্ লোযনঙ্গী প্রেস্তিজ কানাব্রি। লৈপাক্ অমগী ফুঙ্গা অমগী Identity গী ব্'ফমনি. sentimental Issue নি। মপী মপা লৈরবগুম মপান্ কংলৈসাসিংগ (মনিপুরী) 'চা' রবতু যংতুন পেংহাক পন অচুম্ব মীযেং ওইব য়াবোই।

লৈপাক অনিগী মমু যৈথেকনব তাবনি মুংসিনন নেসনেল ইন্তি-গ্রীতিগী মখাদ হিংব তারবদি অয়া তং তাব ফিবেপ অম অবোইব ওইন ফাইনেল সমুসন্ পুরকপ তাবনি, লোযনন ওসিগী ঈবৈপাক্ মচা সিংনসু মনুং মপান্ ফাওন রাখল হোদোকনদুন সেন্টিমেন্তেল ঈস্ মতাংদ অমত্ত ওইব খোংজংগী অবোইব ঈহৌ সাগৎমিন্নগদবনি।

মথাদি মথং চেফোংদ

# KHORIROI SANGLUP

## ( EDITORIAL BOARD )

KANGLEIKHOL

Office of the Kangleikhol
(Regd No RN 34203/79 New Delh
Sagolband Tera Khurajam Leika
Imphal, Pin 795001 The largest
circulated Journal of its kind in the
North East Region of India

# নহারোলসিংদি অমুক হন্না লাল হল্লগদবনি

ঐখোয়বু হিংলিব্রা? নত্রগ মতংদা পংলেন লম্নবিনজাংলা? ফক্রগ অমগী হৌনবী ফিজেৎ-লতেং চৎনবী ইনাৎনচিংব অমত্ত ব্রাত্রস নোংম নোংমগী উচি চাবহৌন্দ মনীংথোংদ অম্মম পুথোকথিব অসিবু উবরস্থ তারবস্থু মিংকপ থোকত্রিব সাহ্নুন যাওল অমুক হন্ন ওন্দুন নমসিদুন অম্মম তুনসিন্নব সাববদি যাহৌ থেংন হৌগৎলকপদ ফমুংদগী খোঙ থাংথত্রিদ্রেদ ইমং হান্ন তৌরম্নগনি হাযবসি নহারোল ঐখোযদি খঙব চুম্লে। তংখায সিরব পুন্সি অমগুম অম্মম লেনব তারবদি মমৈথংদদি লায়েংব ঙমদহুন পুমসি সিখিব তাবনি।

ঐখোয়গীদমক ইসা চম্ব মঙ কয়া তৌ-তৌহুন থম্লিবসিং অসি ইথুংমক্ত ফুনজিন্নজহৌত্রবদি থুংসি থুংনাহোক্তগী ওস্থখিবদ ঐখোযবু কনবিনব লৈতে। মীয়ানগী চেলা ওইহুন অহুমক লেনগ্রগদব ঙসিগী অখঙ অহৈ-সিংনি হায়হুন পোঙজরিবসিং অসিগী লিচিং মখাদ চৎগ্রবদি ঐখোয় ঈপা ঈপুগী লিখুল লীব ঙমদন লম্মখাওদ হাইগৎলাংদ থুহুন অচৌব মিরাংসিং অসিগী মচিনজাক সোয়দন ওইগ্রগনি।

হৌজিক্তি অচ্যা লগী চৎহৌবন মায পাকপ হেনগনি। তুং কোইন ইংব ঙমানি। ইসাগী সক্তম্ব কল্লগে খল্লবদি ঙসিমক অচুা লম্বী থিব তাই। মসাগী ওইজবগী লাংন কুপশ্চব চেলাসিং অসিগী মথক্তগী নাস্থোক্তুন বগে কপ হাযবিব চাইবব মমল অসি পীবল্লসি।

## লাইবিক হৈংগ লৈপাক্কী বা থন্দব

লাইবিক হৈবা মী। পেম্বগী হৈারী থাবা কপ ঙমদবগী ভুসিদি লৈপাগী অমগুব কয়া লাক্লে। লৈপাক অমগী সকম সাগৎপদ চাউন পশিন মচাক কয়া মাঙহন্নব হেৎবক। হোরে। মীতৈ মযেক্কী সকম থাযনব হোৎনবকপ লোলগী মচু সংজিন্নব হোৎনরকপ, মীপৌবেল সেনদাক্তুন লান্ন ইসিন্নকপ, চাইথোকচনিংঙাই ওইব লমদম অমগী লাইনীং সনামহী, লাইনীংবু মুখৎনব হোৎনবকা ঈনাত্ত, লোযনসিন্নোন্দ অমদি অতি অতি কযাদ খুৎ থিংজিন্দুন মাঙহন্নব হোৎনরকপ খুদিংমক লাইবক ল উস্তু হৈবরসিংতন অযাম্ব তৌসিন্নকপ অসি যাম্ন লাইবক থীনিংঙাইনি। লমদম অমগী সক্তম কনগদোবিব অখণ্ড অহৈসিংন সক্তম কম্বগী মচত থগাযনব হোৎনবকপ হাযবসি চাইবব অসোযব অমনি। মসাগী মবমদম মক্তদ মসাগী লৈপাকপু মাঙহন্নব হোৎনবকপদ মপানগী মীওইসিংন লাক্তুন কন্নগদব লৈতে। ঐথোযগী মবক্ত ব্রাখল খম্বব ঙম্ব লাইবিক লাইস্তু হৈব মীওই কয়া মসাগী ওইজব থাদাক্তুন কাথোকপগী মমল পিরব হোৎনব চমগনি। নত্রবদি মীরোল কযাগী ব্রারীদ লমদম অসিগী হৌজিকি লাই রিক হৈববসিং অসিগী থীৠব মিংচৎ অম কোকঙমদন অদুবক লৈহৌবগনি। মসিমত্তংদি মখৌ পোংজবিবসিং অসিগীদমক তুংগী খল্লবদ মুংসিদব ঙমদে।

## নহা অমগী পুন্সি

নহা ওইরিবৈগী পুন্সি হায়বসি মমল যাম্ন য়ামথে। নহা অমন তৌব ঙমদব থবক অমত্ত লৈতে হায়ব য়াই। পাঙ্গলদ, ব্রাখলদ, পুক্নিংদ,

অনদি অতৈ মবম কয়ামুক্ত নহা অমগী উংথোকফম থোকপসিং যাম্ম লৈ। লৈপাক অমগী, খুন্নাই অমগী তুংগী লাইবক অদৃগুম্ব নহাসিং অহুগী কথোকপগী মমলতন লেপ্পমগদৌরিবনি। লুরিবদি নহা অহুগী তৌব ঙম্গী-চাং অহুনি। চহিদত নহা ওইব অত্থুগ থবক ওইনদি নহা অমগী থবক অমত্ত পাংথোকপ ঙমগ্রবদি মহাক অহু নহা কৌখিগদ্রা ?

নহা ওইরিঙৈ পুন্সিদি য়াম্ম মরু খিঙব তাই হোৎনব কম্ব তাই, লৌসিংগী পুক্কি তানসিম্ব তাই। অরেম্বদ মিকুপ অমত্ত মাঙহন্দন সিজিন্নব তাই। থবক্ত চিলহাও থিদব তাই। অরাংব পান্দম অম মাঙদ থম্লগ মহু ফংনব ইম্ব তাই। পান্দম অহু হেক যৌব ঙমদ্রি ফাওবদি হোৎনব লেপ্তুব তাই। মসি ঙম্বব মতীকচাব হকচাংম্ব ওইহম্ব তাই। মসিগীদমক পুন্সিবাল চৎপ তাই। থিব-হুম্ব কম্ব তাই। ইসাগী সক্তম মসক মুম্ম খঙজব তাই। মীপাল তাংবগী ফত্রব রাথপ অ স অমুক হন্ন লৈহন্দব তাই। যাম্ম লুরিব ঙসিগী মীরোল অসিগী নহারোলসিংগী পুন্সিদ চেকসিনগদবদি মীপাল তাংব হায়বিব লাযনা অসিনি। মসিগী লায়না অসিবু কোকহম্ব ঙমজদ্রবদি হোৎনবগী অযোবী মহৈ অহুদি ফংলরোই। তুংগী পুন্সিগীদমক থাজন রাৎলবনি।

মবম অসিন অহম্বদ লাযনা অসি হান্ন লাযেংলগ পুম্নমক হোৎনব হৌব যারে। নহা অমন হোৎনবদ ঙমদব লৈতে হায়বসি মাঙদ থম্লগ চংসিম্বদ মথৌ তাই। পুন্সি চুম্প হোৎনব লেপ্তুন তানসিম্ব লেপ্তুন মাঙদ অম্মুম চঙসিল্লিব মাওই অহুদি কৈদৌঙৈদম্ব অহল ওইব লৈরোই। চহি য়ামসিল্লক্লন সিব মতমদম্ব নহাগুম্ন অহুম্মক মরু খিঙন সিখিগনি। পোক্লম্বগী মহৈ তাইবং অসিদ পীরম্ব ঙম্লগনি। মহৈ অহু মথংগী মীরোলন অমুক চাজহৌব ফংলগদি মহাক অদো সিব নাইহ্নব পুন্সি অম ওইহৌ-রগদবনি। মহাকপু অহুম্মক মীরোল মীরোলন নীংসিংনহৌরগনি। •

# সনামহী লাইনিংগী সিবগ অমা নৈনব থৌরমলোন

(মপুং মপুংদং নৈনব)



লাইনিং লাতম

সনামহী লাইনিংদ তাইবং মীগী হকচাংবু লাইন লৈব সং লাই-সং কৌই। চংনবী-'লোগন' হকচাংবু যুম কৌই। নৈননব যুম অসিবুস্থ হকচাং কয়াংসিংগী সম্বন্ধ লৌহুন সাই। হকচাং যুম অসি সীববু "সিব" হায়না কৌই। মরম অদুন সিব হায়ব বাহৈ অসিগী ব্যাখ্যাদোক নৈনরবদি থো-রাব দ আনোব মুমহোং তানথিব হায়গী হকচাং অসিবু থাদোক্লবু সিব কৌই। হায়গী অমিব যুম সীরব্বু সিব কৌরে। থৌরায়ন হকচাং পোল অসি

থাদোক্লুন চৎখিব লৌবুন সিংকুমলগী কৌই। (১) থমওই ম্নাংওই সেকনিং পুযাদ, (২ পোন্নীলোন পুযাদ অমদি (৩ পেন্সিলিং সেকনিং পুযানচিংবদ সিংকুমলগী খণ্ডনবব যৌন্নাযগী মন্নু মপানগী ন্না কয়া ইরি। যৌন্নাযগ হক্চাংগ অমন পোশ্বী অমন কাযদোং ওইহ্না লৈরিঙেগী মতোমত লোযনহ্নন লৈজব লাইমং অমদি লাইরোক খণ্ডনব যাংপী লমলোন পুযাদ ইরি।

হকচাং পোল মন্নুংদ যৌন্নাযন পোশ্বী ওইহ্নন লৈরম্দগী হকচাং পোন্নাং থাদোক্লুন চৎখব মতমদ থৌন্নাযবু চেক্না কৌই। লৈহৌরিব হক্চাং অহ্নবু মাগী মাগী মফমদ তিনখিনব মৈদ, ঈসিংদ, নুংসিত্নু লৈপাক্ল, অতিযাদ খাইদোকখিব যৌবদু পোৎসি পোৎলোইব কৌই। অসন লোলদ পোৎলোইব কৌই। মবম অহ্নন সিবগী যৌরমলোন হায়বসি যৌন্নায়গ হকচাংগ খাইনখিবগী থৌরমসিংনি।

## সিব যৈথোকপগী থৌরম

পোক্লবদি সিব হাযবসি লমল তোন্দুন লৈরবনি। কনাম্ন সিবদগী নাম্থোকপ য়াবোই। অহ্নবু মতম খর সংথন হিংহ্নন লোইরমদব তাইবং সিন্না লোয়সিন্নবগী মতম যৈথোকপদি য়াই। সিববু থৈদোকপগী যৌর মসিগী মন্নুংদ পুন্সি নিব, পুন্সি থৈব, মিকোন-থাগোম্ব অমদি উসিন্দ থৌরম ৪ অসিন মপুংনি।

**পুন্সি নিব:—** পুন্সি নিবগী থৌবম যাম্মী। থুদম অমত্তং পম্ব তাবদ লাংগোলগী পুন্সিরোক মক্দ সনা কোনযাই নুপা কোনয়াই থাহ্নন কোম্বারোল সোন্দুন হৌনবী লাইকোম্নংগী থৌরম পাঙথোক্লুন ঈসিং ঈন্নাম্নগ পুন্সি নিহ্নন ঈরু সাদেংলবদি পুন্সি সাংদোকই। পুন্সি নিফম্নি-হায়হ্নন লাইরোক অসিগী মমিং পুন্সিরোক কৌই।

**পুন্সি থৈব.—** পুন্সি মমি স্নায়ক্লব মতমদ পুন্সি থৈব হায়হ্নন থুভম হোংহ্নন মফম অমদ নোন য়ুম্দারুবগী থৌরম, লাইথৌ তৌহ্নন

অ দির অমাব থৈদোকখিব অসিনচিংব অসি পুন্সি সাংদোক্লবগী থৌরম সিংনি। নিংথৌ কযান কোন্নুং হোংহ্নন নৌন পানখিব কম্না পুন্সি থৈবগ মরী কৈন্দখি।

**ময়ক্কন থংগোন্নঃ**— থৌরাযন হকচাংবু থাদোক্লুন চৎখিব হৌব-ক্লাদ মিকোন খাগাম্বগী থৌবম তৌহ্নন থৌরাযবু কৌসিন্ন অসিবু পুন্সি সাংদোকব থৌবম অম ওইন চৎনরকই। চপসি শযা লাং, সংগাই যাইম লেং ফমথি হামৎলোং শেই ভাফা লোং, থৌরায মিকোন লোং লং ৫ অসি থৌরায মিবনবু থোনজিল্লক্লুন পরৈ কোমথব ক্লব হকচাংগী সনা কাগোক মন্নুংদ হাপ্পা অথঙ অহন হকচাং কা গোক মথুম চেৎন থুমিবগী থৌরম অসিবু মিকোন থাগোম্ব কৌই। থৌবনসিম্নু মসিং যাম্মী। মোইবাং কংলৈরোন্দ থন্নন সিংক্লুন লন্নী তল্লবদ সনা মইবম মিকান থাগোমবিহ্নন হিংগৎহনখিবগী রারী লৈবিবসি থৌবম অসিনি।

**উসিন থৌরমঃ**— পুন্সি সাংদোকব তৌনব থৌবম অমদি উসিন-থৌবমনি। থৌবমসিম্নু মখল যাম্মী। মসাগী মপোক অত্থগী অকক্লব উ অম লৈ। উ অসিগী মখোংদা লাইগী থৌবম তৌবগ উসিল তৌব অত্থগ অরা অনা সিগদবদগী বম্ন অসি মযামত্থগী মন্নুংদ আননি। খুদম ওইন থাংজ পোক-কপ মীগী উসিল সৈজ্লাক পাম্বীদ সিনগনি। মপোক হ্নমিত্ত পোৎচং লাওহ্নন উপাল অত্থবু কোযন চত্তুন পুন্সি উসিন তৌনৈ।

## লোইবমদাইগী চেকসিন থৌরম

সিরব মত্থংগী থৌবমদগীদি লোইরমদাই থৌবমসিংন যাম্ন হেন্ন মক্ল ওই। মরমদি সবমদাই হাযবসি রাম্ন। অরোইব লম্নীবু উগম্রা, সদো থোংলকপগী অরাববু থাওম্রা, অপাম্ব মিহৌব কযাগী থৌরীবু নাহোক্লম্রা? লমী কবিমত্ত থওহ্নন পুসি চেংজেন লোইরকপদি অমম্বগী মসক্লি। মরম অত্থন অরোইব সাজেল থরদি সনামহী লাইনিংন চেক-

সিম্ন ভাক্ত ন থম্বীরন্মী। মীপুম থুদিংদ মতাং অসি য়াম্ন মরূ ওইরকনি।

**অহন ওইবঃ** — পোলপিলাং সেকসিং পুয়ান হায় — পুক্লিং অসি থৌরায়গী কায়দোংফ্ত্রি, পুক্লিং ময়েং তারক্লবদি ফিরাল মাওলক্লে, পজেং হুকপ ওক্লরোই। থৌরায়গী কায়দোং ওইব পুক্লিংবু ময়েং তারবদ পাক্লল, সাক্লগনি, পুন্সি-চেংজেল, মকসিল্লক্লগনি। থৌরায়গী কায়দোং ওইরিব পুক্লিং অসি ময়েং তারকপবু "অহন" কৌই। পুক্লিং হল্লকপবু "অহন ওইব" কৌরে ফিরান সোক্লহুন, পাঙ্গল মাওলকপবু "অমন" কৌরে। অহন অমন = অহল লমল কৌহুন পোইরৈতা ফাথিবন সীং-থানরি।

মীয়াম্ন চম্ন মতমদ্র লৈখিব অমদি পাখং ফাগৎলকপ মতমদ লৈখিব পুক্লিংদগী ময়েং তাথহন্দন, লৈব ওয়বদি পুন্সি মুংসাংই, সিব মতমদ কুহ্ কুমেন মাওদন লৌসিং মাওদন চংখি। পোকন্নিংব মপোক অফবদ কায়দোং হোংখিব ওম্মী। পুক্লিং কাংলোন অসি পুন্সিরোন অমনি।

**সদো থোংবঃ** — পোলাপিলাং সকানং পুয়াদ পজেং হায়বন নিংদোলদ লৈ, মরম অহুন হুকচাং ফিরাল সোক্লসদি নিংদোল চোংলকন্নি হায়ন ইরি। পজেংন লৈব নিংদোল অসি ফিরাল সোক্লবদি সদো থোংলকই, নিংসা হোম্বদ হোন্দোকপদি ম্নয়াব হোনজিম্বদি ব্লারকপ মতাং অহু লাক্লনি। মতম অসিদ সত্রো থাংব কান্ধে হায়রবদি লৈনরেল সিদবীগী থমওই য়াংওই সেকনিং পুয়ান তাকপ কাংলোন অহু তৌবিহুন, সিদবীগী মিংথৈ সোম্বরবদি সদো থোংব পোথাই, হুকচাং ব্লাদন ব্লাখল মাওদন মচা মম্ন মসক উন খওন অরান খুভম তানব ওম্মী। পুক্লিংবু মাওরবদি সাজেল অসিন পজেংবুম্ন ভাকচব ওমহল্লি।

**হল্লা জেল্ফ কংবঃ** — ইচম চম্ন মী অমন, মচা মম্নন ম্রাম লায়ন খওজব কাংলোনম্ন লৈরি। অমত্তং পম তাবদ য়ুমগী অনাব মী

অনগী শত্রাই লৈফম্দ হৌব সন্নাং অনত্তুং মথোক লোয়ন ফুল্লগা খুজিন্ন সিত্ননা খেংবদ সগ্রাং অতু মূক মূক কোনসিল্লক্রবদি অনাব অতু সিগদব লৈত্রি। কবিগুর সম অতু খুজিন্ন তপ্ন তৎহন্দন চিংবদ চপ চপ ভিংলবদি ",মরা লেফ্ কংব" কৌরে। মীন অমুক হাযগ্রবস্থ মিরগনি হায়ব হওলগনি।

মরা লেফ্ কংলবদি নসিংগুবন লুপ্রগ ঈসিং ঈচম অফব মরীক খরখর কাপ্ন কাল্লন থোনাউবা থদবিব যাবে চনিং ফাযবিনব ফনসেংন্নিব মাইব থাদোকপ যাদে, পুথা লাইরিক তৌবীত্নন থৌরাযগী অসেংব লম্বী ফংখিনবগী থৌবাং তৌনিঙ্গগনি। নুংসিং চংব মী অমত্ত চংহন্ন যাদ্রে, লাইনিংথৌ সনামহীগী অচুক নুংথিল নুমিদাংগী মৈরা কৎপ লেপ্ন যাদে। অতুম তৌবীহৌবন লানখিগদব থৌরায়ন জমদাং অফবদ খুযা তুমিংন চৎখ।

মৈন ফিরুং ওইব :– মৈগী মযমদি নারুম ২ দ লৈ, ঈসিংগী মকম্ন থৌদ লৈ নুংসিংকী মকম্ন থবাক্ত লৈ। মৈ মুৎলক্রবদি নারুম মিহুল মাওনক্রগনি ঈসিং কংলক্রবদি থৌগংনরক্রগনি, নুংসিং রাযবক্রবদি সদৌ থোংলক্রনি। মতাং সিদ খমওই য়াংওই সেকনিং পুযান হায় -"মৈনা ফিরুং ওই ঈসিংন লিরী ওইহন্ন নুংসিংন তেঁন ওইন কাপসিনখিনদা পানখিরবদি ক্রকসাং থুইদবনে খডও। লুমবু লুমবু সানা লানখিবনে।"

হাযবদি লাইনিংথৌ লৈমরেলগী মিংথৈন মরম পাম্বৈ ওইহন্ন নিংসা কাংলোন সান্নরগ মৈ ঈসিং নুংসিংন হক্কচাংদ সান্নরম কুমহে অমত্ত কায়হন্দন অতুক্তা ৩ অসি পুন্ন চৎমিন্নখিব থৌরম পাংথোক্লগদবনি। অতু ওইরবদি চৎনিংব মতমদ অযব পুংযম হেংলগ- চৎখিব ওন্মী। মিরা জন্না খক ওইদে। পুম্সি মহৈ য়াম্ব হায়বতু ওই। মসিবু মৈন ফিরুং ওইরগ, ঈসিংন

লিরী ওইহ্নুন ম্নুংসিঙ্গন তেন ওইদুন কাপ্প .কৌই।

## পোংলোই মথল

কংলৈপাক অসিদ পোংলোই মথল ৪ ওল্লিৈও মতমগী চৎনরকই সা-লমশেন পুয়ান মৈগী পোংলোই লৈপাক্কী পোংলোই ঈসিংগী কেক-পোংলোই অমসুং ম্নুংসিংকী পোংলোই মথল ৪ অসি লৈরক্নগী ৱারোল নিংথিন ইরি। মৈগী পোংলোইন সীংখল হাপ্পুন মৈ থাব অসিনি। লৈপাক্কী পোংলোইন কোম তৌত্নুন ফুব অসিনি। ঈসিংগীন কু চন্দুনে থোবম লোইরগ ঈসিং ঈচেলদ থাদব অসিনি। ম্নুংসিংকী পোংলোইন অত্ত্রাংব উ কারোংদ মথৌ মত্তম লোইন পাংথোক্লব মতুংদ থাঙ্গত্তুন ম্নুংসিং চুংসা লাংহন্দুন থম্ব অসিনি। ৪ অসিগী মনুংদ খ্বাযদগী হেন্ন চৎনবখদি মৈগী পোংলোইগ লৈপাক্কী পোংলোইবগ ২ অসিনি।

হৌজিক চৎনবিব মৈগী পোংলোই অনি যান্ন কুইরব ঈগাং অমনি। কোম্মোজম লাইরেম্বীগী ৱারীদ তাউব হুইবু মৈ থাহ্নুন. সীং-খল হাপ্পুন পোংলোইরগ কোম্মোজম সাগৈগী মী শিরে হায়হ্নুন কো-ম্মোজম লাইরেম্বীন লাইবৈপাক্রগী কুম্নকখিব অসিনম্নু মৈগী পোংলোই অসি অরিব ঈনাৎ অমনি হায়ব ময়েক সেংন তাকই। নোংবাল পোম্বী লুৱাওবগী পুযাদ কৌবরোন নামোইম্নু সিবদ "সীংপাক পাউহুম্ব" হায়হ্নুন পল্লিবসি সীংউৈবাক হাপ্পুন সীংখল হাপ্প পোংলোইবমদাইগী থৌরাং তৌব অহুবুনি। চকপরোনগী ৱারোলদম্নু মৈ থাহ্নুন পোংলো-ইবগী লিরব ঈনাৎ অসি নিংথিন খাওরি।

## সিবগী থৌরম থর

সিবগী থৌরম অমদি ঈরাৎ ঈসোলদি যাম্ন সাংগ্রে। মহুদি ঈরাৎ ঈসোনগী পরিং নৈনবদ লৈগ্রে। অপৌবদ থরদং থনগাৎলগ নৈনব তার-রদি মথাগী থৌরম থর অসি পনফম থোকই।

**মংখাং থিংবঃ** — অসিব হকচাংবু স্নুমাং খাঙেনফমদ পাংথোকপ পোইবগ থাংফম মৈখু থুফম তাম্ন কুদ নত্রগ কাইরেন কৈইজাউদ পুথো-রকপদ মংথোং থিংব হায়ব থৌরম অম কাম্থোং লাম্থোরকপদ তৌনৈ। ঈরাৎ পীবান মমাং থংন পুথোরকপ মী ২ অহুন হেক কোম্থোং লাম্থোরকপ মতমদ লাইরোন সোন্দুন মংথোং হাংগনি। তুং থংব মী ২ অহুন হেক কাম্থোং লাম্বগ লাইরোল হাংদুন মংথাং থিংজিন্নমগনি। কোম্থোংগী থৌরম অসি তৌহৌত্রগন মৈ থাফম সং য়ৌবদ মংথোং হাংগনি পোৎলোইব লোইরকপদ মংথোং থিংগনি।

---

মমাংগী ৮৯ সুব চেফোং মসাংদগী হৌন "সনামহী লাইনিংগী পোকপদগী সিবফাওবগী থৌরম শন্দেংসিং" হায়ব কংলৈপাক থৌসিন কোনগী চহি ২৫ মপুং ফাবকপ সিলভরজুবিলি থৌরমগ ম্হী নৈন্নন এহিয়ান থিহেতব হোলদ পাথোকখিব সেমিনার নৈন মীফম) অহুদ পাথোকখিব অই চে সিংদগী সংকংলগ কংলৈখোল পাবিবিবসিংগী মফমদ ফোংদোকচব হৌখরে। হদক্নী চেফোং অসিদসু খনগংলব অই চেসিং ফোংদোকচরি তেংবাং খোরিলাংব।

---

**মৈ কোইব** :— অচংবগী লম্বীদি যেংওইনন চংলি, অসিবগী লম্বীদি অমুক হন্দোকখিগনি হায়বদি ওইওইনন চংলি। সং কোয়বসু ওইন সংদ ওনসিন্ন কোয়গনি, মৈ কোয়বদসু ওইন সেমহুন লৈব সীংলোমদ ওনসিন্নগ ওইওইনন ৭ লক কোয়গনি। সাকোক লমলেন পুয়াদ হায় — "অসিবদি ওঙ্গরোমদ থমও (কোয়বদ), মৈদি মৈবা চিংহুন লোইগনি।"

মতাংসিদ থুন্নং পাউতাকপ — লৈকোইদ সাগৈ ঙাই সেন্ন পাউ-তাকপ, সীংপাক পাউহন্ব — সীংখল ৭ ন হকচাংগী কয়াৎ সিংলী লী-জাউ ৭ খায়ন চাইথোকপ, পুরোই লৈকোইব — হকচাং পোৎচাকসিংবু

মাগী মাগী তিনকনদ তিনখিনব মৈ থারমদাইগী ০ লকৈ কোযব অনদি চুকলী ও লাক্লুন মৈ ঈসিং নুংস্লিংপু খাইদোকপ অসিন মপুংনি।

**মঙানি লৈহুন ঃ** – সিবগী ৫ নি চহ্ন নুমিৎ অসিদু পুযা কয়া-মক্তন খানিং মিকোনব হায়ন পল্লগী। "লাই হোই লাউবা" কৌব অরিব লাইহরিক অসিদদি উমংলাইগী থৌরাং-মিহেল নোংগাখ্রব মতুং নুমিৎ ৫ নি স্নুব অসিদ 'মঙানি লৈহুন" হায়দুন নোন লৈহুন অমুক তবগী রয়োল ইরি। লাই নাক্লাহব মতুং চুমিৎ ৫ অসি লাইথোং হাংব য়াদে। ৫ নি লৈহুন হাযদুন মাইবী মাইবন থৌবম পাংথোকই। মরম অদুন খানিং মিকোহ্নগী থৌরম্ মঙানি লৈহুন হাযদুন হৌজিক চঙনরিবসি লৌথুম্ন করিমত্ত কাযদে।

**লাইরিক তাব ঃ—** সিব নোংঙান্নদগী লান্ন থৌরম যৌত্রিবফাওব লাইরিক তাব, ঈসৈ সকপ অসিদি লাইরিক অমত্তদ থেংনদে। পুং-সেল যৈদুন মপুগী মিংথৈ সোম্ন অসিদি অম্নিব মতমদগী চঙনরকই, সিরমদাইদ পুযা লাইরিক তাবদি, সিংকুন লবী য়াওব পুযা পাদুন লাইগী থৌবম তৌনবকই। তৌব ঙমহোত্রম্নু ফম্নসেন্নবিব মাইবন অমদি ঈবাং পীরা অদুন পুযাগী মহুং সিন্দুন তাক্লবকই। সিরব মতুংগী নুমিৎ থুদিংগী লাইরিক তাবসিমদি থোইন ইরম্ন থেংনদে।

অদুবু অপাম্ন মীসিংন লাইরিক সাংন তাব অসি পামদুন তৌর-বম্নু অকাযব তৌহৈদব করিম্নু লৈতে। তৌম্নবস্নু থৌরম মপুং মপুংদ নিং-খিন পাংথোক্লগম্নু থৌরমদি মপুং অদুম্নক ফায। তৌবতদি যুম মাংলিং-বনিন যুম্ন অদুন লাইবিক তাব অদুগী থৌবু ওইদুন পাংথোকপদি যাদ্রে। চুম্ন লাম্ন খুকুন লৈপাইবতক্ক তৌব তাই।

**লাম-থৌরম :** পুযাদ যুমফম ওইব লাম্ন থেংনবগী নুমিৎ অসি লেম্ন তারবদি সিবঙ্গী নুমিৎ ১১ নি স্নুব নুমিৎ অসিমি। সাকোক লম-লেন পুযাদ অমদি লম্বলেন সাকোক তাহান্দ ইরম্ন মতুং ইম্ন – পোং-

লোইব লোইবগ নুমিং ১০ নি সুবদ লুগাং পাংচ হৰন সাগৈ মহক ৭ মক্লী থেনপুং পুংখোল খওা মবোং চৈগ তন্ন অতাই ঈরাৎলবগ যুম-সেং নাহৈও — হায়তুন নাখি সেংন লৈরক্লি। লাম্ন-থৌবম অসিবু অরিব পুযাসিংদ মথৌ য়াংগেৎ হাযনমু কৌই।

ৃ লশিনাং সেকনিংদ হাযবন নুমিৎ চযোল ৭ মাকা, নুমিৎনে থানে নাপানবা হকচংদ থাউমগী থাংমুং ওইনা চাবিযে. অসিগীদমক অসিবু অপেক লমবেল কৌএ, অমবক সিএ হায়বগী অসি লমবেল কৌএ। হিংলিউগী মতমু চযোল ১গী নুমিং ৭নি অসি নুমিৎ থান অতুম চৎসিন্নকপগী মতুং ইন্ন অতুন চৎখিতুন সিবগী মতম যৌরকই। নুমিৎনে, থানে, চয়োল ৭নে ৯ অসিন চাব লোইরগ পুন্সি থাউমৈ অসি লোমী। অতুগুদ পুন্সিতুন হেক লাইবগ ১০ নিদ যুম সেংব হাযবসিদ কোকথোক চামথোকপগী অৱাংব থাক্লী ব্রাথন্নোন অম যুম-তুন যাওবি হাযবসি মযেক সেংন লৈবম্মী।

ব্রাথন্নোন অমদ ঈসাগী পীবুকনুংদ থাবুং ১০ নাউপুরকপবু অমুক মালেম হনজিন্ন মতমদ ঈসাগী তাইবং ফাওবকউগী নাউফম্ন ব্রাকযৈ হি ওইতুন খোযবীন হিরি। ওইতুন মপুগী কোন্দ হন্দুন হোৎনখি হায়-বগী থাবুং ১ বু নোংমন মহুৎ তমতুন নুমিৎ ১০ নিদ যুমসেং নাহৈ তম্মী। যুমতাই নাকসেং লাইরোল সোন্দুন নাহৈ তাই.রলন হাইরগ ১১ নি সুব নুমিত্ত পলেম ঈমাগী লমল মচেৎ কোকথোক চামথোকই, লাইগী লম্মী তম্মী। ঈপাগী পীবুকনুংদ থাবুং অনি নাউপুরকপ অতু হাপ্লগ থা মপুং মাংহন্দন অমুক অরোইবগী থৌরমদ পাতুন থাবুং ১২ সুরগ ফিবোই যৌরম পাংথোকই। অতুম তোঙান তোঙান্ন ব্রাথন্নোন কয়ান যুক্কম ওইতুন ১০ নিদ যুমসেংব, ১১ নিদ মথৌ য়াংগেৎ, থা ১২ নিদ ফিরোই থৌরম পাংথোকপ অসি মতম সাংন চৎনরক্লে।

## বারোইসিন ঃ—

সিবগী থৌরম মথল কয়াম্ লৈরি। মীসি মীনা চাদবদ হুনিং প নিদ চুপসা মোইবেংগী থৌরম পাংথোকপ, লল্ল-থৌরম অমদি কিংরা-ইগী মহুং সিন্দুন উক্রোং হোংবগী থৌরম পাংথোকপ, লাইফমদ ওম-জব থরদং কংচরগ উংথরবং লাইফমশেদ তিন্দুন পুক্লিং সেংন থৌরম পাং-থোকপ অসিনচিংব মথলসিং অসিমদি মপুঙ্গমক লৌখৎলগ নৈনজব মতাং অসিদ পনজয়ে। রারেং অসিগী অযাম্ব পান্দমদি নাংম নোংমগী মাঙসিপ্র-কপ, নোংম নোংমগী কাউনরক্লব অত্তবু ওভাই ফঙ্গন কনাহৌদব যাদব মরু ওইব থৌরম সিংদ মিংযেং থমজ। মাঙইদব লুপইদব মমল যাগ্রব কাংলোন কয়া মতমগী ঈচেলদ তাউখৎলক্লসম্‌. হিংগৎলক্লসম্ন। *

---

জন্তুমসুব নৈন-মীতমদ পাথোক্লখিব অই চেসিংদগী থন-গৎলগ ফোংদোকচব।

পেপব পুথোকখিব — এনজী, কাংজোযা মতাং।

---

# "সনামহী লাইনিংদ পেনা খোংগলগী অওকপসিং"

**পেনা করিনো মসক তাকপ :-** পেনা হায়বসি সনামহী লা-ইনিংগী য়েলহৌউদগী লৈজরক্লব ঈনাৎকী খোংনপোং অমনি। পেনা হা-য়ব খোংনপোং অসিদ রারুন নত্রগ উরুগী মরু, তিংখল, উয়েক-উতোং, পুংমাই, সাযৈ, মুরা খ্বাংসেং, লাইনা, চৈজিং রায়েন, কাতি, লাই-হিদাক, তিংলি ১সুং চুমবুল্লী হায়রিবসিং অসিন লৈতেংলগ পেনা হায়ব খোংনপোং অসি ওই।

পেনাগী রারি রাখোং নিংথিজন ইব লাইরিক অম হায়ব তারবদি মরুওইন 'পেনা মৈহোবরোল" কৌব পুয়া অসি সিংথাদব য়াদে। পেনাগী

মতমদ কুপ্প য়াওব পুযা অম হায়ব তারবদি "পেনা মৈহৌবরে ল" হায়রিব পুয়া অসিন পেনাগী তসেং-তসেংব সকতাকপ অমনি।

পেনা হায়রিব ঈনাৎকী খোংনথোং অসি করম্ব মতমদগী কনাগী হাক্তগী লৈরক্লগে হংব ত'বন হায়রিব পুযা অসিদ অম্বুর পনবীরম্বী।

'ভাইবংপানবগী পোকনবগীদমক অসিবন খোংঙে অসিগী মতুংদ পাখংবন কে কে মোইরাং য়েইরলে সন পুং ৩ চহি ১০০ পাল্লগ চক স্নুরে হায়ন কংলৈ খুলগারকপদ থাংজিংন খোংগৎলকএ"।

অত্নদি পেনা হায়বসি সনা মহী লাইনিংগী খোংনপোং অসি ল'ই হাক্তক্তগী লৈজরক্লব ১ স্নুং সিজিননরক্লব পোৎসক অমনি। অমুক্শম্নু পেনা অসি লাইনিংথৌ থাংজীংগীদি খুৎস্নুনি। মতাং অসিদ পুয়ান পম্নল্লব ১ স্নুং য়াকায়রোলদ সৈথাব মতেক অমতং লৌথৎচরবদ:—

"ঈপুথো মোইরাং থাংজিংগী মখুৎম্নু পাই মরি 'লসাবা মারাংলাং স'বনা অহৈব চোনজাও য়াম্নননা" হায়রিব রারোল মতেক অসি পম্নমদন সৈসকলোই অনন যাকায়রোল সকনদে। মসিমক্ল পেনা হায়রিব খোংনপোং অসি থাংজিং লাইগীদি মখুৎম্নু ন হায়বসি ময়েক সেংন থিন্দুন তাকই।

**পেনাগী মীংথোল:**—পেনা হায়রিব রাহৈ ১ স্নুং মমিং অসি করম্ন খোল্লমলীবনো হায়বগী মতাংদদি পুয়াগী লাতমদ অম্নুম্ন ইরম্মী।

"অনি তকলো লিতকও তোকত্রিও, অসিমকসে তোকত্রিমথৈ পোকম্ন পোকদনে সিন্নু সিগদনে। অতুপু মুংপু সিনা থাইনব মখুরোই কৌয়ে। থন্নাই পাল্লিব খৈশিকপু চংন কাইনদে সীনা কাইনৈয়ে। থন্নায় ময়েক লাউবরু হোইরো কৌএ।

চাক্রিকপ খুংখোংব তাংক্রিকপ খুংখোংব। তাংচিব মৈ ঈসিং মুং, সিং অহুমকী খোনজেল অতুপু সীংলিগী লিতোন খীৎত হোবদ

হায়নরে। পেন্নরে অতুপু "পেনা" কৌয়ে। অসিপু মপান থোক্ক তাইবং-পান্না খোংবনে।"

পেনা হায়ব মীংথোল অসি পুয়ান অম্মুন্ন মীংথোল্লম্মী। অমুক হ্রু পেনা সৈরোলদ ব্রাইহে সিংবুন কযাবু থাকপ লৈতন পেনা হাযদোকপ ওয়ী। রাঁরি নাচোম কযাবু পেন্ন হাযদোকপ ওয়ী। মরমসিদনীন্নু "পেনা" হায়ন মীংথোল্লি।

তাইবংপানব হায়বসি পী-পা অনি অসি নত্তবদি তাইবং সন্দোকপ যাদে। অনি অসি নৎতনদি তাইবংপানব ওইদে। অতুন পেনা মরুর্ন মালেম ইমানি চৈজিংন কাবো নোংখৌ পাম্বৌ ঈশাগী মসকা হায়বন্নু পুয়ান সগায়ন তাকপিরম্মী।

থুবাক নামত থুব মখোল থোক্কবগুম তাইবংপানব অসি তক্নীব সামৈ অনি অসিনা মরানি হাযব ১ সুং "পেনা" মীংথোম্নমর্নাব অসি হুংগী অহকপ অমগা লোয়নৈ।

**পেনা য়াওদব য়াদব লাইগী থোৗরমসিং :-** সনামহী লাইনিংদ পেনা যাওদব যাদব থৗরম কযামুক লৈ। মথোয়সিং অতুদি লাই লৌখৎপ লাই য়াকায়ব, লাই থেমগৎপ লাই হবাউব ১ সুং লাইতোংব মাইবীন লাই কুমদতুন লাকহৎলব মতমদ চৈথোক মচুম শিথকপ অসিনচিংব।

**লাই লৌখৎপ :-** লাই লৌখৎপ হায়ব থৗরমসিদ থাইদগী মরু ওইরিবদি পেনানি। লাই লৌখৎপ থৗরমদ চংলিব পেনাগী থুংলোন অসি মথপ কযামুক্তি। মখোযসিং অতুদি : চুমসা মরোল, লমহৈন মরোল, ঈহৌরোল, ঈহাইরোল মীকোরোল লাই ওক মরোল, থোইজু লমওক, হিহোনলোন, ১ সুং মীকোন লোন অসিনি।

হায়রিব তোঙান তোঙানব মবোলসিং অসিদ মতাং মতাংগী থোক্কতুন লাই লৌখৎলি ১ সুং লাই থবাই হাপ্পী।

**লাই য়াকাইব :-** লাই য়াকাযবদ চংব মরোলদি :- সিকপরোল,

থুলং মরোল, কালেন চৈজিং কালেন থাংজৈ অসিনচিংব চংডি। লাই য়াকাইবদদি লাই লাইগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙান লৈথা-রোল সক্নুন পেনা থুংলোন কয়া হাপ্পুন সকপস্ত অতুঙ্‌ঙক [illegible]।

**লাই হরাওব :—** লাই হরাওবদসু পেনা মরোল কযামুকনি। চুমনা মরোল লাইচিংলোন খুনাক মরোল খুতুম মরোল, অনোইরোল হৈগী মরোল, কালেন চৈচিং (পাম্বাইবী (খোংহন্নোন). কালেন থাংজৈ, অমাংলা মোংকোনবগী ন, লোংখোনলোন, ব্রাইস্নুবোন ১ সুং মীকোনলোন অসিনচিংব।

**মাইবী না লাই হোংবা :** মাইবীন লাই তোংতুন লাইবাও চেন্নিংদে কপিংন্দ লাবইন্দুন মহা কজোন কাহুন থাব সাথিব মওংদ ভৌবকা যাওই। ঈসিদ লাই লৌথংপ য়াওই। ঈসিংদ লাই লৌথংপ চংপদ ঈসিংদ তাসিন্দুন ১ দি চোংথতুন সিগনি থংদবমথে ভৌব তোযন লেনৈ।

মতাং অসিদ মাইবন লাইরোল সোন্দুনা খুবাক্না লল্লাইদ যাংবি-তাইবেন পুংকাই থিবসি। কবিংঙ্গ মসিদ ফাথব ভম বদি তাইবল-পুংকাই মতুম পিথকই মসিদস্তু হন্নুবাক্নবদি সুপ্নগী পেনা পুংমাইন লল্লাযদ নগীব চৈজিংন বোংপ নত্রুগ চৈজং চৈথোক মতুম পিথকলবদি লাকহংপ খুদক্ত হন্নি। অতৈ অতৈ পাপ্ন কযান ফাথব ভমন্নবদ সুপ্ন-তগী পেনাতন ফাথব ভম হাযবসি পেনাগী অওকপ মযাই অম লৈ হায়ব তাকপনি।

**পেনাগ লাইনিং কন্নীগ মন্নি লৈনব :—** পেনাগী খোনজেলদ তোপ তোন্ন ময়াই অমা য়াওই —পেনা খোঞ্জেলদ মাইবী লাই তোংডি মরু ওইন পেনাগী ঈল্লায ঈনিলন থল্লায় হিংহল্লী থরাই মীকোল্লী। পেনা যাকাযবদ সৈথারিব অহানবমক্তদ সৈহৌরিব ময়েক অসিং সনামহী লাইনিংগী অহকপ মীংথৈ 'হুং" হায়বসিন সৈহৌই।"

"হুং ঈরাই ঈনিলন লৈসেম নোংসেমক্থীবগী রারিস্থ পুয়া কয়াদ সৈথারি। অসিগুম্ ঈরায় ঈনিল অসিনা পেনাগীদি সৈহে্গৌনি।

লাই হরাওবদ লাইনা হুকচাং কয়াং সাগৎপগী মতাং য়াওরি। মতাং অসিদ পেনাগী ঈরায় ঈনিলগ লোইননা পেনা সৈসকপন হোইরৌ হৈয়া লাউহুন তাইবং মপুনা মাগী পীবুকমুংদগী হোইদোরক্নুনা তাইবংপান ওইহন্নকখিবগী মওং লৌহুন হোইরৌ- হৈয়া লাউই। মসিবু ঙসি ফাত্তবদ চৎনরি ১ মুং হোইরৌ-হৈয়া লাউবা হায়ন খংনরি।

---

**অহুমসুব নৈন-মীফমদ পাথোকখিব অই চেসিংদগী লৌখৎলগ ফোংদোকচব। পেপর পাবীথিব কোইচা থোইব অঙোম পেনা লোযসং, সলাই পুন্সিফম।**

---

কংলৈচাসিংগী পুংসেং সেংজব য়েলহৌঙৈদগী লৈরকলব ঈনাং অমনি। লমদমসীগী সনামহী লাইনীংগী মৈনা রাই তাংন সম তৎন থানব লৈতন অসুমমক সাগোন্নজরব্রব ঈনাংকী পেনানি।

রাম্বোইসিনঃ– সনামহি লাইনিংগী মক ওইপ্রব ঈনাংকী অমত্ত ঙাইরব খোংপোৎ ৎইভব পেনা ঙসি সনামহি লাইনিংন চাউখৎ লকপগ লাইননা পেনা কাংলোনসু চাউখৎহনদব যা গনি। তসং তসেংব কংলৈচাসিংগী ঈনাং অমা শুৎনথিনহুন তাকপ তারবদি পেনা নত্তন অতোপপ অমা লৈতে হায়বদ হাযমনব থোক্লই।

চহি ২৫০ ৩০০ লেংম সনামহী লাইনিংন ঈবোন্মুংদ লুপলুববগী তুংদ ঙসিদি সনামহি লাইনিং নোংম নোংমগী মসা মাবং ফনব হৌবক্রে লাইনিং অসিন হিংগৎলকপগ লোইনন য়েলহৌঙৈদগী পেনাসু অসুমমক লোইনরক্লি। লাইগী থৌরম খুদিংদ পেনা মথৌ তারক্লি।

সনামহি লাইনিংগী মরু ওইপ্রব পেনা থাদোরব য়াত্রব ঈনাং অসি ঙসিদি মমি সামন উবগুম ঙাই। মীরোল কয়ানা মথং মথং পথাং-পুথাং তমথব রাংলগন ঙসিদি পেনাগী হৌরকফম, খংবিরমগে, মখা তমথবীত্রে

# লাই হরাওববু ঈরাং কুইন্দ্র ওনথোকপ

হজব
কোইচা থোইব অঙোম
পেনা লোইসং, সগাই
পুম্ফিসক্রম।

**হাহৌদোকঃ—**

লাই হরাওব হাযবা কংলন ফুকপসিগী অমত্ত ওইরব ঈনাং অসি ওসিদি অস্তুক্কী মতিক হরাওনবক্রে হবাওব মসিং হেনগৎলকলে হাযব যাই। হেনস্রু হেনগৎলক্লিবনি। মীয়ং অমদ ঈনাংকী হরাও থোৌবম চাউখৎলে খল্লবস্রু মাইকৈ অমরোমদদি অস্তুক্কী মতিক লৌখৎপ য়াদবমখৈ কিনথরক্লি। মসিবু মতাং চানা মেনসিনব কলহোব ওমহৌদব তাববদি লাই হরাওব হাযবসি ঈনং অমা ওইজরবস্রু মমৈদদি খুনাইসিগী ফুকপ-সিগী তমথিবব হু অমা সোইদন ওইরককনি হাযবগী চিংনব লৈরে।

---

স্বপ্নী মুংখিগদব ডাইহুন লৈবব থাউ য়াউপ্রব দাসিগুমলে। ঈনাংকা মাংব যাপ্রব অসিমদি ওসিগী মীরোলন খংফম থোক্লে। পেনা কাংলোন মুংখিব তারবদি সনামহি লাইনিংস্রু মমি সনখিগনি হায়বদ হায়মনব খোকলোই। লাইনিংসিগ মসাদ মসা ওইজব অত্রুগুমব কংলৈগাসিংগী ঈনাংনি।

হামচৎ হামফোইনকরব পেনা কাংলোনবু অমুক হনন মীকোন খাগোনত্রুন অচংব থরাই ওইহনত্রুন সনামহি লাইনিংগী পেনা যোক-খৎ মিননবসি।

'হে থরায হামচৎনফদে মীরেল হামযোইনফদে হৈয়ি হৈয়া হৈয়ি হৈযা হৈয়ুম ॥*

মরম অসিদগী "লাই হরাওববু ঈরাং কুম্মৈ ওনথোকপ" হায়ন নৈনজরি।

**ঈরাংগী হৌরকফম :-**

লৈবাক অমা খুংগং অমা হরাওবদ চংলিবসি লৈকাইথুংগী খুংগংথুংগী অহল লমন, ইমা-ইবেল ইচল ইচে নহাবোল ওমনমক চংঙি। মমন হাইরবদ অঙাংদগী অহল ফাওব চিংথদন হরাওবা থৌরমদ সাক্ক চংই। হাইরিব মরামসিগী মথক্ত মাইব মাইবী পেনা খোংবা অসিনি। হনাংবা অমগী লমজিং লমতাকলিবন মখোয় অহুমসিনি। সিনতাকপ- সিনতাকপী হায়বথু মখোযন ওইবে। মখোয়ন তৌ হাযব খুদিং লৈকাইথুন খুংগংথুন তৌরিবনি ইল্লিবনি।

অহুবু ওসিদি লমজিং-লমতাকলিব সিনতাকপ সিনতাকপীসিং অসিন ওন্ন তৈনন লমজিংখিবদগী হরাওব হায়ব ঈনাৎ অসি ঈরাংগী হৌবকফম ওনথোরক্লি। ফজত্রব হরাওবগী নুংশী ঈসৈলবু মসক খিহল্লকলি **ঈরাং কনানা তম্লে।**

ঈবাং কদাইদগী হৌবকই হায়বসি থংলবনিন ঈবাং কনানা কাযব তত্রীবগে হাযবসি খনদোকপ লাইরে। মতাং অসি নৈনথিরৈদ নৈনব কুণ্ডাইনব রামাং ওইন পল্লমদব যাদব অমনা মাইবী হাযবসি মথন মবিনি (১) সংলেন মাইবী (২) ফুরা মাইবী (৩) নোংমাই মাইবী (৪) লাইসং মাইবী অসিনি। অমুক্তমু মাইবীদ অনি থোকই :-(১) নিপা মাইবী (২) নুপী মাইবী অসিনি।

মক্তওইন হৌগৎলক্লিব নৌরিব নহারোনসিংগী খোপতা ঈরাংগী লাইরা কনমসিসিদি নিপা মাইবিনি। মখোয অসি য়েংবদ নুপীগী মওংগুম ফিজেৎত চাকসেংত নুপীদ নুপী মান্নব হোৎনজে খোনথোক ফাওব নুপীগুমন ওাংঙি। মখোয় নিপা মাইবী মসেনত ঙাইরবদি মীওইবগী রাহৈ ঙাংনদে তাবদ তু চুংব তখদ ইকাই হংগোয়ব রাহৈ রাতা ঙাক্ত ঙংনৈ। হায়দোকপ তারবদ অকামপেৎ হায়বন্থ ন।

হাযরিব মখোইসিং অসিন মখোয় মসেন ওাংনবত [illegible]ান-সিংদ ভাব হৌরকই। অমসুং ঈরাং তম্বীরকই। করিনো [illegible]ত্রিব নহাবোলসিংদ মখোযগী রাখলদ থোপত মুপা মাইবীসিংন ঈরাংগী মরু হুনব হেরকই। মীথোই মীহেনগে মসক থোকপ অমা ওইগে তানখং-লকলীব নহা অমগী পুন্সিদ রাখলদ ঈরাং তিন অসিনবু চিকপ্রবদি মী অতুন মসক থাকপ অমা ওইরক্কনি হায়বসি খাজবগী হাংমদ লৈখ্রে। সিনতাকপ সিনতাকপী উজাগী থাকত লৈখ্রব মখোয়না হরাওবগী রাখ-ললোন মুংগী রাহনথোক নহারোলসিংদ তাইবগী মহুৎত নৌন যুম পাননীংনবগী পবা তগী। অমুকসু চন্নুবা ওইবী চন্নু, নিংঙোল লৈসাবী-সিংদসু মখোইদ ঈনম্মা কৌ ঈচে কৌ হায়তুন তম্বী।

মমৈদদি মখোযসু কৌরকখি ঈচে-ঈনম্মা। হরাওবগী অহাংব মতম অহাম্বদসু চন্নু নিঙোল কযাগ মখোযগ তোংন তিন্নব হোৎনৈ। মমৈদদি মখোযগী সম পুলহল্লী খুবাক মথি যেংবি হাযবি নংনা লৈগদবদি মাইকৈ-দি সোমদনি খর থক পনজবনি। খনথতুন যেংবিযু মখোয়গী হরাওব থোক্লবগী সেমসাবদ মখোযগী সম্ চন্নু নিঙোলদ পুলহল্লী অহাংব মতমদ হিক কাইনৈ। অতুবু অমরোমদ ১দি নিপানি ১দি মুপীনি। অসুম্ন নহাবোল পিবাসিংত নত্তন চন্নুরা নিংঙোলসিংদসু ঈরাং চরা সন্দোক্লরকই ১মুং ঈরাং কৈথেল কাব হোয়রকই।

অমুকসু মাইব মাইবী কযাসু মখোয মসেল রাচোই য়ান্ন ওাংনৈ। মাইব মাইবী লৌনতুন লৈবসু ঐখোয়ন কয়া ওসি উল্লিখপিনি। যুমগী মুপী লৈন লোম্ন মাইবী কোইনবগী লৌন লৈনবদগী থংনরক্কুন লোইসংদগী তানথোকপ যুমগী মুশীগ রাক্ল মুংলু থাক্লব কয়ানি। তসেং-নমক সীনতাকপ-সীনতাকপী উজাগী থাকত লৈরব অমরোমদ লৈবাক্কী অমাইব অমাইবী লাইনিং লম্বীদ থাক রাংলব-রাংলবী সিংন অসুম্ন ওইরকপ হায়বসি সাথিন লৈখা তাব অমনি।

মখোয়গী মখুৎত পুমনমক সিননরিবনি। লৈবাক্কী লৈকায়গী খুংগংগী

খুনাইসিংগী য়াইফব মখোয়গী মপুংফত চাউরি লৈরিবনি। অমরোমদ মখোইদি লাইগী থৌগললোইনি লাইগ নকনব হায়রদু মখোয়নি। লাইগী অসেংব মনাই অমা হায়বদু ওইরিব মখোয়ন থাজব মাহক্লাদি তুংগী ফিরেপ কর্রিনো হংব য়াব য়াহংনি। মপানথোংদ অসেংব লাইনিংলোই লাইগী মনাই সাদুনা মীয়ামবু নমথাক তৌদুনা উৎ চাইবদ ইসানা ইসাগী লম্বী কক্কচবনি।

**হরাওবগী নুংগী য়াওনখোক খংনরক্তব: –**

লাই হরাওব হায়বসি ঈনাৎকী মমল যাওখ্রব থৌবম অমনি। তাইবং মপুন মসাদগী হোইরিকদুনা মাসেন সেন্নকাংগী ভাইকং মী সারকপগী মথং মথং মীওইব তাইবংন চাউখৎ লম্বী তানখৎলক্লুন প্রাম হাইদুন মৈরা চিংদুন মৈ লৌদুনা ১দি লম্বীদগী লম্বী নইদুনা ফি সাং হৈরকপ করম লাইনিং লম্বীদ মঙাল হাইবদু ফংগদ্রো হাইবগী পাউরো পানথৈ কয়া মসুং হুনজিননা হরাওব অমদ য়াওই। লাইনিং লম্বীগী অহকপ কবা হরাওব অমগী মসাদ কোননজে। হরাওবগী মুংগী ওইব কয়া নৈনব তারবদি লোইব থম্ব নাইররোই। মতাংন পনদব য়াদদুন সমপৎন নৈনজবনি।

তসেংনমক হরাওব হায়বসি ঈনাৎকী সিনদনসং অমনি। লাইনিং লম্বীগী অমত্ত ওাইরব সিনদমসংনি। থাইন সিনদমসং লৈত্রিঙৈ লিংদ্রিঙৈ হরাওবন অচৌব সিনদমসং ওইরকথিবনি। মীওইবগী লমচৎ তমফমনি লাইনিং তমফমনি, যুমবাললোন তমফমনি, মুকনা কাউজোং কয়াগী থৌনা উৎফমনি, জগোই সাথেক কয়াগী লৈতেংফমনি. হকচাং কয়াৎলোনগী ফিসারোনগী যুমসারোনগী ১দি সিললম সিমথা কয়াগী পরা ওরাইফমনি ১সুং মীথোই মীহেন তানখৎলক্লিব কয়াগী মতিং ফুদোক্ফমনি।

অসিগুম্ব হিরম কয়াগী নৈনফম ওইরিব মুংঙাইরব কুম্মৈ অমা ওইনদুন ইরোইনন চেন্নীব ঈচেল অসিবু তম্বীবগী মহুৎতা-নুমফম য়াওদবগম সেরাম্বব লম্বীদ ভাউথখিব হায়বসি তুংগী মরু হুদকু লেংবদৌরিব

নহারে লসিংগী সাখিন মাংজব অমনি ১সুং ঈনাংকী অচৌবা অমাংবান। ল ইনিং লন্বীদ কাংলোন কাইবনি। হরাওরিব থুভম য়াজরিব লাইনিংথৌ লাইরেম্বীদ লংজবনি। অত্তুগুম্ব সিনতাকশ সিনতাকপিনা লাইগী থৌগনলোই ওইব হাইবসি লৈবাক্কী ওইন মাংজবনি।

**মী হরওব মীং থোক্লকপ:—**

মীরোল কয়া মীগী লাইনিংদ লুপলুরবনিন কনাম্ন ঈসাগী ঈথক খংদ্রে পাবা হৈত্রে। ঈসাগী ঈথক্ক ইব পুয়া কয়া পাবা থোকত্রে অসিন মরম ওইত্তুন ঈসাগী হৌরকফম খংদ্রে হরাওব করিনো খংনত্রে। উমং লাই হরাওবগী কুপনা ইরমব পুয়া কয়া নৈনবীদে। অম্নুম মুংগী রাহনথোক থংদন মীরোল কয়া অমমবদ মংগ্রা তাল্লকলে। হরাওব মুৎতী মুৎত হাযবা লাই হরাওবগী মহুত্ত মী ওইন হরাওত্তুন অসেংব লাই হরাওবগী কাংলোন কাইরক্লে।

হরাওবগী রাহনথোক চীংঙুলোন অখঙব পুয়া পাবা থোকপা অহল লমন কযাদি লাই হরাওদ্রে মী হরাওরে হাযন মথোয়গী মচিনদগী তত্তুন তাব ফংডি। তসেনমক মথোযন সোল্লিবসি অচুম্বনি। কাংলোন কযাগী ঈনাংকী পুক্নকে ওইরিব সিনদমসং অমবু ঈবাং কুমমে ওনখোকপা হাযবসি অখঙবসিংন থম্মোয়দ মুংভাইফম যোকতে। মসিমকতন লাই হরাওদ্রে মী ওইন হরাওরে হায়বতনি।

**রারোইসিং:—**

পুম্নমক অসি করিদগী ওইরকখিবগে হংব তারবদি মীরান লাইনিংদ থোংদাব হৌখিব মীকুপতুদগী মীহৌরোলগী থোংথাংদ ওসিদি মীয়াম্নমসু মখোয়বু মসক খঙফম থোক্লে, খঙবগ লোইনন অসেইবসিং সেমদোকপ মতম ওইরে।

অয়ানব লম্বী সেমদোকতুন অচুম লম্বীদ লময়ানব হৌবন অমদি ইসাবু ইসান অওনব পুরকপন ঈনাৎ কনবগী অহাম্ব থোংথাংনি। ঐখোয়

পুন্নমক্কী ঈরনবু, ঐ:খোয় পুন্নমক্কী ফিদম লৌফনবু কনমীন্নরসি ঐ:খোয় পুন্ন অসেংব ইসাগী ঈনাৎতুবু।

অমুম্মক সোইব হাইবত্থু সোইরক্রবনি। সোইত্থুন লাক্লব খোংথাং অসি চুমথোক্লুন অসেংব চৎকম থোকপ অচুম্ব লম্বী অদুদা চৎপ হৌব হায়বসি অহানব অৌদব য়াম্লব সিনফমনি। অরাম্ব মীহৌম্বোল সেমদোকপ তাই। পুন্নমক কাইথরকলিবসিংগী মরু খঙব তাই।

মথক্ত পনজম্লিব কয়া অসি হুনজব চৈজব নৎচাদে অসোইব চুম-থোকসি তান্নজবনি। মীরোল কয়া সাইত্থুন লাক্লবগী তুংদ ঙসিস্থু সোইত্থুন অরাম্ব লম্বীদ চৎখিব হাইবসি তুংগী মীরোলগী মরাইবক থীবনি। তুংগী নাউপোক্কীদমক ঐখোয় ঙসি খনথব মতম হেনগ্রবনি। ঙসি ২০ সুব চহিচাগী অরোইব তাংককনি। ঐখোয় মসেন খোংখা লিনখা থানবগী মতম ওইরে। অসোইব সেমদোকনসি, অসেংব মঙালগী লম্বীদ তুংগী নহারোলসিংবু লমজীং লমতাকলসি। ফিদমনফম ওইব হরাওব ওইহন্নসি।

হরাউবগী মনুংদ য়াওব পাউরো নৈনমীন্নরসি। নিংসিংলসি "সরি লীৎসি মরিংসি সর হনসি মহনসি"।

লাইনিং লম্বীদ চংসিনব ১সুং লাইনিং লম্বীদ খোংদাব হাইসি অপাম্ন-মীহৌব কল্লকপ. য়েংখিব অপাম-মুংসি থাদোকপনি। লাইগ সাগোন্নবিব থৌগললোইসিংন অপাম মুংসি ঈরাংদ খোংদাব হাইবসি লাইনিংলম্বীগী লীচৎ নত্তে, তুংগী নহারোলগী থাজব হাংপনি লম্বী কক্পনি। অমমব লোকমুংদ লংথবনি। লাই হরাউববু ঈরাং কুম্মে ওনথোকপনি। অনৌব মন্নোন কংহনবনি। *

---

ঐখোয়ন নোম্লিব খরসি তুংগী মীরোলগী ওইহন্নসি। মতুংতদ মোমজমন্নবী মহৈ ফংগনি। মহৈদুধক্কী খন্নুন নোম্বসু ঈসাগী ওইজব থিবনি।

—দিংথেম

# "মীওইবগী চিঙ্গাক"

**পুন্সিবোলগী লাতম** [illegible] লৈম।

ঐখোয়গী [illegible] চাবিব থকলিব পোৎ মথে চিঙ্গাক্কি। থরাইপানব পুন্সিমক্ক মচিঙ্গাক চাহুন হিংই। তাইবং মীওইবস্ম [illegible] [illegible] অমম্বুং চিঙ্গাক্ক হিংহনব ন। ঐখোয়গী হকচাংগী ঈ, তোং[illegible] অচি চিঙ্গাক্কন সেমগৎপনি। মরম অসিন অকব মী অম ওইগে হায়রবদি "চিঙ্গাক"-হায়বসি মসক মুন্ন খংদোকপ তাই। ঐখোবন অকব চিঙ্গাক থনগনি অহুগ সিজিন্নবগী কাংলোনস্মু খংব তাই।

**অকব চিঙ্গাক কনিংনব :-** ঐখোয়েন অকব চিঙ্গাক কৌগনবনি মখল সংহন্নাত সেমগদ নাত্তে। অকব চিঙ্গাক ওইহনগে হায়রবদি মচল স্মুব হায়বত্তুগী মথৌ তাই। চিঙ্গাক থুদিংমক্কী কান্নব লৈ। থরদন ভিতামিন এ গী সরুক হেন্ন য়াওই অতোপ্প অমদন ভিতামিন সি গী সরুক্ক হেন্ন য়াওই। কবিজুয় পোৎসক ১ দন প্রোতিন, হেন্ন য়াওই। ঐখোয়গী হকচাংদ ভিতামিনসিং, প্রোতিন কারবোহাইদ্রেদ, কেলসিয়ম আইরন, ফোসফরস অস্নিনচিংব থুদিংমক চাং কাইহন্দব হায়বসিন হকচাং ফহন্নবগী মরুওইব পাটৈনি। মরম অসিন অথং অহেগী অমদি ইসাগী চাংয়েংস্নিংদগী চাং চাব চিঙ্গাক চাননব হোৎনগনবনি। মচল স্মুব চিঙ্গাক হায়বসি চারবত্তদ হকচাং ফন লাইনা চেন্দন থম্ম ওমই। ঐখোয় অম্মাম্বন খল্লি মহুদি মমল য়াম্ব সঙ্গোম য়েরুম ঙা অতাংব পোৎচৈ হৈন্না স্নিংদত কংই হায়ন। পোৎসিং অসি চাং নাইন কাংলোন চুম্ন চাবদি ঐখোয়ন মচল স্মুব চিঙ্গাক কৌবদি য়াই। 'তোইগুহুস্নুং ঐখোয়ন খংনবল্লি অসিগুম্ন মমল চংব চিঙ্গাক মীপুম থুদিংমক্ক চাব ওমদে। ঐখোয়গী লৈবাক্তি স্মাইন্নবুন নমন লৈবনিন সেল

য়াম্ন চংদন অকব চিঙ্গাক মতৌ কয়া ফংগনবগে থহবসি য়াম মখৌ তাই।

**ইরমদ হনজিনবা মেংবা ঃ** ইরমদম অসিগী ইপা ইপুসিংন অকব চিঙ্গাকপু মনক মুন্ন থওবীরম্মই। খুদম পিত্তুন হায়রবদ নিংথৌ নোংতা লাইরেল পাথংব অসি চহি ১২০ লৈবাক ভাকলমই খুয়োই তোম্পোক চহি ১১০ লৈবাক ভাক্লমই তাওথিংমাং, নাওফিংথোং অসিনচিংবম্ম চহি ১০০ গী মথক্তা লৈবাক ভাক্লমই। অতু়াদি নিংথৌসিং অসি চহি ১০০ গী মথক্ত পুন্সিথিব ভাক্তনি। অসুক যাম্ন পুন্সি নুংসংলম্ম মতম জল মথৌনা লৈগ্রব ইপা-ইপুসিং অসিন অবব চিঙ্গাকপু নসক থংলম্বই। ঐখোয়গী পাওরো 'অরা ভরা মীতৈ অম' হায়রি। ঐখোয়গী পাঙ্গল অসে ইরমদন্দ যংব অকব চিঙ্গাক্ত সেমখিব ভাকনি। অহু ওইরবদি ভসি ঐখোয় চিঙ্গাকী মতাংদম্ম ইপা ইপুসিং অতুগী খোঙ্গুল লিফম থোকই। ইরমদমদ থোকপ চেং চারিব ঐখোয়সে মীরম্মদমগী আতা ১ দি তিনগী কারবোহাইদ্রেস মপী তারে, থুংনা থুংচাগী মতুং ইম্ন হকচাং য়াংহনগে লুমহনগে ইনিংনি। ইরমদমগী চেং হন্নাই, মুনামসিং মহৈ মরোং উপহ রাইহ পুষ্ঠিক ভিতামিনসিং রাওন যংহু। খুদম অমত্তং যেংসি হৈফক যেন্রা পেচাদ চারগ চাউরকপা মোইরাং কংলৈরোনগী অথৌব থম মহাক্তী লাম লৈখিবরা ? সেন খুজিক্কং থোকপ ঐন মীরৈবাক্ত সেল থাখিনব খুংসেমগী সঙ্গোম্ন লৈত্নুন সিজিন্নগদরা ? ইপা ইপুগী চিঙ্গাকলোন পুযাদ থম্বীরকব সিংজি ফহুন্নি হায়রিব 'পেরুক' অসিমক কংইন্দুন থম্নগ মহি থকন্নিংলকপ মতমদ ফুংতুন চুহি, খোইহি নত্রগ চিনি অত্তাংব থরতং হাম্নগ মক্কপদ হকচাংস্ন য়াম্ন তেকথংকনি, সেলস্ন য়াম্ন তিংকরোই। অমরোমক্তন ইপা-ইপুন সা-সন য়োক্নম ঐখোয়ন কৈদৌভেনস্ন কাওকরোই। ঐখোয়গী খুত্থং ইম্ন সঙ্গোমস্ন থকপ ফংলগনি।

মচল স্নুব চিনজাক :—

মসিং স্নুন চাবতন মচল স্নুব চিংাক ওইহনব ডমই। হামেংগী মখোম হকচাং কহনবদ ফাওরিব অমনি। হামেংন নোংমদু মনামসিং অস্নুক্কী মতিক মমল য়াম চাই। হামেংগী মখোম লৈনব সেল লৈতব ঐরাক্লীদি ঈংখোলদ মখল মখা কয়াগী মমা মসিং থাজরবদি মচল স্নুন চাব ফংলগনি অমন য়াক্লিং চত্নন মতম মাংহনলরোই, ঈংখোলস্নু ল'স্নগনি পুক্লিংস্নু নুংঙাইরগনি।

কাংলোন খংদন চাবনদি মচল স্নুব চিঙ্খাক ওইহনব ডমলোই। মী অনগী মসাদ মহাও তক্ক অচাব চাংদ নুমিৎ খুদিংগী ফংহনব মথৌ তাই। মহাও তক্ক অত্তুদি অ,নু অয়াক্‌প, অসাব, অথাব, অক্কপ অন্নিনব অস্নিনি। ঐখোয়ন চাকথাউ অসি থম্নবগী দমক মোরোক স রব যেনসাং খরগ চাকয়াম চাসিল্লি। মসিন তপ্প তপ্প হকচাং মাংথরক্নুন পুসি তন্নহল্লি। তাথন চাবন হায়বদি চাকথাওগী উ হাংহন্ন চাব হয়বসি বিজ্ঞানিক সিংগী মততস্নু ইপা ইপুসিংগী কাংলোনদস্নু অত্তুম মরৈরবনি। মসিদ মচল স্নুব চিঙ্খাক চাকথাও হাংলপ চাবন পুল্লি নুংঙাইহল্লি। ঐখোযগী ইপা ইপুসিংন সিংজু চাবমই। মফম অসিদ হায়রিব সিংজু অসি মনা মসিং খরদ ওারি মোবোক য়াম থাক্নন স্নুব সিংজু অত্তু নত্তে ইপা ইপুন চানরব সিংজুগী ময়া· নদি মসিং য়ামখরে থাব লোয়ব নত্তে। অত্তু সিংকোক তরেংতাদি পনব য়াই – (১) হৈবী মনা (২) কোমপ্রেক (৩) সিংজুপাল (৪) পেরুক (৫) হুরাইমতোল (৬) থগো (৭) কাবী মতোংপ মসোইগী অসিনি। অফংব স্নিংজু ময়াল খুরগ তঙাই ফদন সিংকোক তরেৎকী মক্লংদ অহুমদু হাপ্লগ কুপ্প স্যোমচুন থোইদিং বৈসন হাপ্লগ থুম মোরোক মক্কহন্দন ত্রোংলগ চাব মখল অত্তুনি। চিঙ্খাক্কী অরাংপ মসিং স্নুহনলি থাবগী দমক ইপা ইপুন সিংস্নুদগী সিংজু কৌনরমই। নুমিৎ খুদিংগী

সিংজুগী সরুক য়াওন চরা তম্ব ওয়বদি মচল মুব চিঞ্জাক চারে হায়ব য়াই। মসিন পোৎচংগী য়ানি চাবগী কাংলোনগ পুনলব মতমদ অফব চিঞ্জাক চারব (balance diet) চারব মীনি হায়বন্থ মসক তাক-লবনি। লাইরব ঈমুংগী মীন চন্থি ১০০ হেন্ন পুন্সিব য়াই হায়ব অসি কংলৈপাক থৌসিনকোনগী খিজিনন্নুগন খিজিনবদ কংপ্রব পোৎনি।

অফব চিঞ্জাক চারে হায়বগী খুদমদি মথাগী অসিনি। ঐখোয়ন মচল মুব চিঞ্জাক চাব মতমদ কাংলোন লাইন চারবদি ঐখোয়ন সোয়দন হকচাং ফব মী ওইগনি।

**কাংলোন ভাকপ :**

কাংলোন চত্তব অমদি হেজিন্ন চাবদগী হকচাং মাংনিভাই ওই। অহানবদ ঐগী নোংমগী চাকম থোকপ চিঞ্জাক অহু অমুক্ত লোইন চাসি-নবগী মহুৎত তারপ তারপ থর তোয়ন চাবন ফগনি। মালেমগী ফুন-বদ ওমহুনত লৈপ্রবী হমুবী কয়াগী পুন্সিদ তভাই ফদন চেকসিনখিব অছুমমুব মরমদি চিঞ্জাক কাংলোননি। মখোয়ন করামখিদে অমুক্তী খুৎচাদ চাং হন্দন চাখিব ভাক্তনি। চাবগী মসিংদি ৩, ৪ রক কুম্ব চাবন অয়াবনি। মচল মখল হোং হোংহুন মখল মুন চাব অসিন অয়াপ তৌই। অনিমুরকপদ চারিব চিঞ্জাক অহু তোইন সায়হুন চাগনি, "মপং থকউ মহী সায়উ" হায়বন্থ য়ৌন হেৎনগনি। তোইন সায়দবন তুগদ মতেং পব য়াৎলি। থোয়রিল লিহসাংগী থবক হেন্ন সিজিন্নখিবন পুন্সি তেঙহল্লি। সায়দবন মরম ওইহুন য়োৎপ ওমনব ঈসিং য়ামন চারিতৈদ থকচিল্লি, চাব তুম্নবদ সিজিন্নব চাকখাওদগী থোক্লকপ মহী অহু ঈসিংগ ইরোইনখিবন হেন্ন চাব তুমহনদে। অছুম-রকপদ ঐখোয়গী চাকলেন চাব মতমদ চাকচা ফমফম হায়হুন ইপা ইপুন সিজিন্নরম্ব লৈ মহুদি চাকচা কাংলোনগী, ওইব অতোপ্প য়ারেঙ্গ নৈনরসি। অসিন হেজিন্ন চাব য়াহনদে। তারপ তারপ চাব মীন চানিদব পোকপ

চিলহাও হিব, য়েংসাং হাংওতব হাযব খাইন লৈররোই। মরিন্নরক-ংদ চাব হেক লোইরকপদ চফমতানবী সাজেল সান্নত্নপুক্তি সুংসাং-হনজি পুক কংথোবহন্দে, চরি তংথহংদে চপ চাবী চাংদ সাবানে ফজ-হল্লি। পুন্নমক অসি ঐখোয়গী মতম অমত্ত মাংখ্রদ্দনা ওক। তাকলকপগী অয়ুম মিংচি ১০ সুক ফম্ব ক্লরিবগীদ লংখ্রদ্দব য়াই।

ঐখোয়না চাকখাও সোত্তংব তচপ মেযুং কুপ্প চিজ্ঞাক হান্নন চকখাওদ যিগা থাগনি হাযবসু চিজ্ঞাক আনন্দ য়াম্ন লৈথরে। চম হংহান্ন চাবন অসাব অসিনব অয়াকপ মরেক মহাওগী ওইব পোং-সকুগী চাকখাওবু কংব ওমই। মতম অসিন ইপা ইপুন চাক চাব খুদিংমক্ত চমফুং অসিন হান্নন হক্রুনব য়েংত থম্মলমলিবনি।

**মহি সিজিন্নব :—** মপংগী সকক্ত নত্তন মহি সিজিন্নবসু চিজ্ঞা-ককী মকওইব অমনি। মী অমগী মসাদ যামত্রবদ নোংমদ মহি সের অনিদগী তাদন চংহনগনি। চাক য়ুনসাংদগী. সঙ্গোমগুপ্প, চম্ফুংকুপ্প মহি মনাইদগী অমদি ঈসিং ইচম থকপদগী বা থকপদগী, পেরুক মহি থকপদগী চাং ১ তং তাল্লকত ঈসিং থকনি। মরমদি ঈ অমদি মমাগী থোম অসি মহি ওাক্তনি। হত্নই মঙ্গল অঙোবদং চাদ্রগ থোম স্নুংব য়াদে। ঈগী সরুক অসি মহিদ লেমবনি মরম অসিন মহিমরাং কায়ন সিজিন্ননব হোংনগনি। মীরোনবী অমদি চাজেন্দগী মুপীসিংদি ময়ামদগী হেন্ন মহি সিজিন্নগনি খোং হাপ্পগী লাইনা নারুব মী ১দি নারুব মীসিংসু মহি হেন্ন সিজিন্নগনি। তাল্লক্ত সজোম হৈ মহি পেরুক মহি অসিন চিংব সিজিন্নব কায়গনি।

**ঈসিং থকপগী ইথক ফাংলোন :—**

চাহিতৈদ ঈসিং থকচিন্ন ফত্তে, চাব তোক্লব মতুং পুংখাই হ্ন রোম লৈরগ থকপ কান্নে। তুন্নমদাই ঈসিং গ্লাস ১ থকনি মসিন অমাংব

ঙৈথহন্দে। হুংখিল তাঙ্কক ঈসিং থকপ কাংব্রে যাহৌরকপ খোংলৈবাক তাক্রিউৈদ ঈসিং য়াস ১ থকপ হুংলৈব ওমহন্দে। হান্নব লৈশ্রক মীসিংগীদমক্তস্থ হেনজিনহনসে

থা থাগী চাহৈজদ চিঙ্গাকস্থু ঐখোয়গী চিঙ্গাক লোনদ লৈ মতুদি মমাংগী চেকোংসিংদস্থ থঙ মখেস্থু য়াওব্রবনি। চাহৈদব চিঙ্গাকসিং ঐখোয়ন থংদবদগী চাসনলুরগ অমাংব কয়ামুক পাকলকই। অদুংব মী ওইগে হায়রবদি য়াম্ন কুপ্প থিজিনব মথৌ তাই।

**মঙ্গাই কাব চিঙ্গাক** - ময়াই কাব চিঙ্গাক হায়রগা চাউরাক্ল যু, গাঞ্জা, কানি অসিন চিংবনু থংনবে। হ্রাজিক্রি হেরোইন মোরফিন্নচিংব মোপ্প্রনবী অথোক্কবী নাংব লাইনা পোকহনব হিদাক কয়ামক্ত লৈরে মথংদ চুরুত, বিরী, চা কা কোফিনচিংব ময়াই কাব মচামস্থনি। মখোয়সিং অসি অনাবগী হিদাক ওইন সিজিন্নবগী কাংলোন লৈ, মরম অসিদগী হিদাক হান্নন শৌনবনি। মখোয়সিং অসি চিঙ্গাকী মমুং চলহনদন পুমথা থাদোকপন কান্নগনি।

**নুপী অমমুং চিঙ্গাক :**- নুপীসিংগী অয়াম্ব মসা চিঙ্গাক করুব ১ দি চিঙ্গাক য়াথপদগী কংহন্দে। মরুওইন য়ুমপান্নবী নুপীসিং অসিগী হেন্দোক থোইদোক্ল থনক্কম খোকপ চিঙ্গাকক্কী মথৌতাব কয়া থন্নবিদবদগী খোকপ ভাক্তনি। মীরোনবী অমদি চাজেনবী মমাগী চিঙ্গাক কাংলোনগী মতাংদ রেদিওদ, পেপরদ কয়া লাওনন্নিবসি থবক ওইনদি অরাংপ য়াম্ন উই। য়ুমহেক পানবগ নুপীগী মসা সোকচিন্নকপ তোয়ন উরিবসি নৌন লাকপ ইমুং অত্নুদ মাগী মথৌতাব চিঙ্গাকী রাথনলোন ফাওনব রাৎপনি। মথং হেক তাবদ মীরোন্নবী মমা অম ওইরকপ, চাজেনবী ওইরকপ মতাং অসিদ মচি ওইব চিঙ্গাক ১ দি মথৌ তাবসিং হাপচিন্ন রাৎপনি

খোমজিংবি মমাঙ্গু অতুমগাই মী অমন মী সাবগী অনিশুব মীনি মচল পিসিন্দনাদি মমাগী মসা সোকহনলকপদ অণ্ডকপ নত্তে। মরম অসিনা মীরোনবী ১ দি চাজেনবীন সক্ক অনিদি চাগদবনি। মরু ওইন অতাং অমগী **brain** সেমগৎ সাগৎপনি। পিবুকমুংগী থা ১০ অসিদ পুমলোই লোইরবগুম্বনি মসিন মমাদ চিঙ্গাকী মরুওইব কয়া য়াম লৈবগে হায়বতাকই।

**চিঙ্গাক সেম সাব :—** মচল মুহনবগী মতাংদ চিঙ্গাক সেমসাব থরনি য়াওখরে। অতুতমু নত্তন চাবদ হাওহন্নবগী ১ দি মুংঙাইনবগী মওং কয়ামুকমু লৈরি (১) মৈতংদন হিংন চাব ২) তেক্ক চাব ৩) মৈ চংহলগ (৪) থোংলগ চাব (৫) য়াইরগ চাব (৬) লৌরগ চাব (৭) পৎথহল্লগ চাব ৮) কংহল্লা চাব অসিনচিংব। অন্নাইব-মৈন য়াইব, মনিলন য়াইব, লৈপাক্ক ফুন্নগ মথক্ত মৈ থাব, ফুমলো, পাকনম ঙোথোং, কাঙঙো, ইরোনব, উতি মরু মরাং থাক্তুন থাউ ঙৌরগ থোংব অসিনচিংব মওং কয়ান চিঙ্গাকী মসক মচু ১ দি মওং কয়া থোকহল্লি মসিন চাবন হাওহনবা, মুঙাইহনব অসিনচিংবনি। অনাব অয়াম্ব চিঙ্গাকী কাংলোলাওংব য়াই।

**রাক্লোইসিন :—** চিঙ্গাক্ক মীওইবগী থরায়নি চিঙ্গাক থাদোক্লবদি থরায় থাদোক্লবনি। মচি ওইব চিঙ্গাক্ক অতংব থরাই ওইহল্লি। অতংব থরাই ওইবন থৌদা,থৌয়া ১ দি থৌসিল মপুং ফান পাঙথোকই। মতিং লৈব পুন্সি ১ ওইহল্লি। অসেংব, মুংসিব, নোল্লুকপ, থাদোকপ ১ দি থাজব য়াব পুন্সি ওইব ঙমই। •

---

মপুং ফাব পুন্সি অম ওইহনবদ মপা মমাগী পুন্সিরোল চংই।

# "পাউকং লোইশ্লব বিষ্ণুপ্রিয়াগী লোল"

হান্নগী মথা (মতমগী বাকম) 

মমাংগী চেকোংদ বিষ্ণুপ্রিয়াসিংন লান্নমতুন খুদোংচাব লোনব হোংনরকপ অমদি আসাম সরকারন বিষ্ণুপ্রিয়া লোলদ মনিপুরী তপসিল্ব যাথিবগী বাবোলনিংব নৈনব থেংনবিখ্রে। মতুংগী মথা নৈনব সরুক হেৎেযোংসিদ হন্নক হাপ্লরি।

তেংবাং খোরি লাংব।

**থেংথাং কয়ারকনি:** মপান্ মণিপুরদ মপান্ কংলৈচাসিংন (মনিপুরী) লোন অমসুং সকতাক্ আইদেণ্টিটি) কীদমক অরেপ্প লৈতন মতম্ কুইনদগী বিষ্ণুপ্রিয়াসিংগ য়ান্ন চনৈনব মওংদ বাযৈগী মতৌংম ক্লাইম্যেক্স্ কন্দিসন্ অমগী মথাদ মুবন্তুন লাকৃঅবসিদ আসামগী লৈঙাক্ লোয়সঙন এপ্রুভ তৌর ককথংল ককথংলে, এপ্রুভ তৌর হন্ন হন্ন বিষ্ণুপ্রিয়াসিংগী মীচংদ থোকলিব খেদরসি ও সন অহাম্ব নত্তে। অগ্নন্ন বিষ্ণুপ্রিয়াসিংগী চিরোলদ নমথাকৃত আসামগী লৈঙাক্ লোযসঙন উন-উন মীং তাংসিন্নতুন করিমত যুমফম্ য়াওদন অথুব মীয়েংদ এপ্রুভ তৌবসি অমুক অনিরক্ত নত্তে, থেংথাং কয়ারকনি। মতাংসিদ তুমিল্ল লৈথোকপবদি থেংথাং কয়ারকপু হন্ন তৌরকখিগনি হায়বসিদ চিংনিংঙাই ওইদে। অঙাং মচা সান্নবগী মওংদ মীতৈ সিংগী (মনিপুরী) অচুম্ব সকতাককী (আদেন্টিটি) মতাংদ আসামগী লৈঙাক্ লোয়সঙ য়াউন অম্নন্ন তৌরসিদি য়ান্ন নাতৈ হুক্কব, চনিং য়াওদব; ফিরেপ লৈতব মওংদ বিষ্ণুপ্রিয়াগী মীচংদ তোংতুন মীচং মীখাই নাইন সেংন লৈজরিব

মীতৈসিংগী আইদেন্তিতিচ খুৎ থাবিবনি, খুৎ থিংজিনবীবনি। তসেংনমক্ সম্ম হাইরবদ মীৎয়েং থুমদ্রি।

**অয়াব পীগ্রে:**— বিষ্ণুপ্রিয়া লোনব্ বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী হায়ন সকখংব য়ারোই যুম্ফম্ অমত্তু য়াওদে, মরম্ চাদে হায়ন খোঙ্গুল **Govt. of India Assistant commissioner for Linguistic Minorities in India (Eastern Region), calcutta** গী অথিংব চেয়োল লৈন লৈন চেবোলত্থু থোৎইদন অমসুং আসামগী লৈভাক্ লোয়নসঙ্ মনাগী স্তে ওবদর লৈন লৈন হন্দক 'নীন অসামগী এ. জি. পি. লৈভাক্ লোয়সঙন হৌখিব জুলাই চৈসৎ ২১ দ হায়নগী স্তে ওরদরবু কক্থৎতুন **Govt./ Order No. EDG 459/ 86 / 217 dtd. Dispur, the 21st July / 89** গী মতুং ইন্ন বিষ্ণুপ্রিয়া লোনব্ বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী হায়ন সকুখংবগ লোয়নন প্রাইমারী লেভেলদগী মহৈ তম্বগী অয়াব পীগ্রে।

**মসাবু মসান কক্থৎচব:** - মথক্ত পীজগ্রীব বিষ্ণুপ্রিয়া লোনব্ বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী হায়ন প্রাইমারী লেভেলদগী তম্ব হৌননব পিখিব **Govt order no EM( 169 74/ pt (iii)/ 310 Dated, Dispur the 14 th November, 1983** বু কক্থৎখিব অসামগী লৈভাকলোয়নসঙ গী স্তে ওরদরত্থু মখাগী অসিনি।

(*True copy*)

*GOVERNMENT OF ASSAM*

EDUCATION (DEVELOPMENT) DEPARTMENT

No. EMI. 169/ 74/ pt (iii)/ 314

Dated, Dispur,

the 8 th December, 1983

To

The Director of Elementary Education,
Assam, Gauhati —19,

Ref :— This Deptt Notification No EML 169/ 74/ pt. (iii)/ 310, Dtd. 14 11 89.

Sir,

I am directed to say that the orders conveyed by this Departments Memo No EMI 169/ 74/ pt (iii)/ 310/ dated 14 11 89 may be kept pending for the present until further orders.

Yours Faithfully,
Sd/
S S Ahmed
Under Secretary to the Govt of Assam,
Education Department

**পাউকহ লোইথরে :** - নম্‌সিনহ্নন থম্‌খিব লোন্‌, অমদি সক্‌তাব্কী চাউরব বিষ্ণুপ্রিয়া অমসুং মীতৈগী (মনিপুরী) মুক নরিব ক্লাইমেক্স, কন্‌দিসনবু করিগুম্ব থম্ন নৈনব তৌদনা অমদি অথং অহৈ এক্কপাত্‌কী মতে' লৌদন অমসুং মরী নৈনব ওথোরিত্তিদ হংব তৌদন মনিপুরী লোল্‌ন মমালোন ওইরিব স্তেত্‌ লেঙ্গুএজ ওফিসিয়েল লেঙ্গুএজ অমসুং মসাগী অরাংব মহৈ তম্‌কম সঙ, লৈজরিব লোন্‌ অমগী মপু ওইরিব মনিপুরী লৈতাক লোয়সঙগী মফম্‌দ করিগুম্ব রাফম্‌ অমত্ত হংবিরব তৌদন মনিং তম্ন হেক্রমক্‌ বিষ্ণুপ্রিয়াসিংন মখোং কোন্‌হ্নন হাইজ-নোনজরে অমসুং তৌসিন্নব তাংকী মপা সিদ্ধরে হায়বগী দমক্ত মহৃদ থাজহ্নন বিষ্ণুপ্রিয়াসিংবু বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী হায়ন সক্‌থংহ্নন

প্রাইমারী লেভেলদগী মহৈ তম্ব হৌনবগী অয়াব পীৎখাক্‌খিবসিনক্‌ পাউকং লোয়গ্রব বিষ্ণুপ্রিযাগী লান্‌গী পাউকংনি।

পাউকং লোয়গ্রব লানগী পাউকংকী মসক্‌ ওইরব নম্‌সিন্‌খিব মথক্কী স্তে ওরদরবু থম্ব নৈনব তৌদন হেক্তমক্‌ অয়াব পীত্নন লাউ-থোকখিব আসাম্‌গী অনৌব এ জি. পি. লৈঙাকলোয়সঙগী হন্দক্তে থোক্‌খিব চেরোলত্থ মথাগী অসিনি

## *GOVERNMENT OF ASSAM*

## EDUCATION (DEVELOPMENT) DEPARTMENT

No EDG 459/ 85/ 217 Dtd Dispur, the 21 st July, 1989

To

The Director of Elementary Education, Assam, Kahilipara, Guwahati 19

SUB — INTRODUCTION OF 'BISHNUPRIYA MANIPURI" LANGUAGE IN THE PRIMARY STAGE OF CACHAR DISTRICT

Ref — Govt letter No EMI 169/ 74/pt (iii)/ 134, Dtd 8 12 1983.

Sir,

I am directed to say that the orders conveyed by Govt Notification No EMI. 169/ 74/ pt (iii)/ 310 Dtd 14. 11 83 which was kept pending vide No EMI 169/ 74 pt (iii)/ 314 Dtd. 8 11. 83 until further orders is hereby with drawn.

You are, therefore, request to take necessary action for inclusion of "Bishnupriya Manipuri" Language as a medium of instruction in the Primary Stage of education in Cachar

District, as per earlier Govt. Notification No. EMI, 169/74/ pt. (iii)/ 310, Dtd. 14. 11. 83.

Your faithfully,
Sd/-
A. K. Phukan.
Deputy Secretary to the Govt. of
Assam Education Department.

Memo No. FDG. 459/ 86/ 217-A-Dtd. Dispur, the 21 st July, 1989.

Copy to.—

1. P. P. S. to chief Minister, Assam, Dispur
2. P S to Minister, Education, Assam, Dispur
3. The Joint Secretary, Political (B) Department, Dispur.
4. The Director of Elementary Education, Assam Kahilipara, Guwahati.-19
5. The chairman, Board of Secondary Education, Assam, Bamunimaidan, Guwahati—21.
6. Political (A) Department, Dispur
7. The Managing Director, Assam state Text Book production & Publication Corporation Ltd, Pan-Bazar, Guwahati-1.

By order, etc.
Deputy Secretary to the Govt
of Assam. Education Department.

মথক্কী পীরিব চেরোলসিন লোয়্রিব সম্লপ্পা মরোলদি মথাগী অমিনি।

**Govt Notification No E I 169 74' pt iii)/ 310 Dtd 1" 11 ৪১ বু Vide o E I .69' 74/ pt (iii) 314 Dtd 8 12 83** নম্বরশিন হুন I **e di g** থম্‌খিবত্থ লৌথোক্লে অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরীবু 'মদিযম ওফ ইনসট্রাকসন ওইন প্রা-ইমারী স্কুলদগী মক্তৈ তম্ব কসার ডিপ্রাদ চান্নগী **Govt Notific-ation No E I 169 74 pt (iii)/ 310** গী মতুং ইন্ন মথৌতাব থবক পাযখৎনব অয়াব পীরে হায়বশিনি।

তসেংন হাযববদ খল্ল-নৈনব ভৌদন হেক্তমক অযাব পীথোকপসি অসামগী লৈউক লায়সঙগী অচৌব অসোইব অম ওইবত নত্তন মুক্তরিব যুক্তপা অনিগী মরক্তা চান্‌সিংন হনখনি, সিংচেপ থারিবনি অমসুং চান্‌গী পাউকৎ লাযখিখনি হাযন হাযদব ওম লোই।

সেম-সারব-চান্‌:— ফুরূপ অমগী আইদেন্তিতি হায়বসি অরুব থাফম অমনি, তরাই ওয়াইব নত্তে॥ অমুক লুরব সকতাকপু (আইদেন-তিতি) করম্ন মবাং মবাং উহনুব আসামগী লৈভাক লাযসঙন লৌরিব খ্বারেপনো হাযবসি খন্তুব্রবদ থাবিদব ওম দে। ওসিগী কংলৈচা মীতৈ (মনিপুরী) সিংগী মফম্মদ ত্রিপুরা লৈভাক লোযসঙন লোযরং সিংথোং ওইবত নত্তন আসামগী লৈভাক লোযসঙ স চাউরব লোম্বরং সিংথোং ওইন লেপ্পরি॥

অসমন ইংন হিংজব ফুরূপপু মনিপুরী চানগীদমক সেম সানব অনৌব পাউকং থুংলবদ ফুরূপ অমগী যাংলেন সঙ্ক ওইরিব সকতাককী (আইদেন্তিতি) সেন্তিমেনতেল ইস ওইবনিন মীতৈসিংন সিব-চংব খংদন লৈজবিদ লাম্বেংনব হাযবসি অমুক নৌহৌনন হংলুবগী মরম লৈতে মসান তাজরব তুপচরব থাফমনি॥ তসেংন তরু-তরু হিংঙ্গুন লৈজরিব সকতা-কপু চিংগ্বহুন লোয়সিল্লগ মথোয়গী ওইগে হায়ন অনম কম্ব তক্‌সিল্লব্রবদি জরোইবিদ তকথোকপ তাবনি। লাখৈ অম সেংখ্রিব ফাওবদি অচুম্ব

অসেংব দোকু য়েম্ভসিংন পন্‌খ অমগী-মক সেম স'হত নত্তন মায়োক্লগ লান্‌কম্‌দ য়ান্নক-তাবনি ॥

মতাংসিদা মপান্‌লমগী মীত (মনিপুরী ইটিল ইনাওসিংন অত্তক সেন্ত্রিমেন্তেল অমগ লোযনন তক্‌সিন্দুন বিষ্ণুপ্রিয়াগী ইস্‌ অসিগ মরী লৈনন অহিং-মুংখিল থাদন হেৎনরিবসিদ ওসিগী মনিপুরগী লৈতাক্‌ লোয়সঙ অমস্তুং মরী লৈনব ওয়গানাইজেসন্‌সিংন তুম্‌ত্তুন লৈপোক্‌প চুম্নে অমস্তুং পাটিজেল-চেদ ইব খবন পেপাকপ হায়বসি অযান্‌ব ওইগনি ॥ মীতৈসিংগী (মনিপুরী) আইদেন্‌তিতি মাংখিব হায়বসি মপান্‌ লমগী মীতৈসিংগীত নত্তে ঐংখোয় পুম্নমক কীনি ॥

অঙাং কপ্পী হায়ত্তন মীগী মমাংদগী চাকপুক মুন্দুন চিংদুন অকপ্পদ পীথোকতুন থেম্ব হাযবসি অফব থক ওইবোই, হেন্নত্তুন উংখৎনহন্‌বনি, লানগী সেম্‌ স'হন্‌বনি, মৈ মুত্তুন ইক হন্‌বনি ॥

**[illegible]ঃ—**

লান্‌ তৌবন মালেম্‌দ ওসি ফাওবগী এক্সপেরিয়েন্সত অফব মহয অমত্ত পুরকখিদরি। সম্প্রগী পুরকখিব মহয হাযববু মুংসিনদব মুক থাইনব, থাইবুং থাইবুং তাব, সান্‌তি থুগাইব ইরাং হোইহন্‌ব অমস্তুং লৈবাক্কী চাউথৎ খোঙ্‌থাংদ অপনব পীবত নত্তন মাং তাক্‌হন্নবগী অমত্ত ঙাইরব পান্বেগী অরোইব থুৎলাইদি লান তৌবনি।

অসিগুম্লব কি তুক্কচ নিংঙাইগী মসক্‌ ওইরব লান্‌সিবু তৌনবগীদমক্ত ত্রিপুরা অমদি আসামগী লৈঙাক্‌ লোয়সঙন ভারত লৈঙাক্‌ লোয়সঙ্‌গী কন্সতিতু সনগী আরতিকল ২৯ (১) বু থুগাইত্তুন ফুরূপ অনিগী মরক্ত অচৌব সিংচেপ কয়া চেৎন থাজিন্‌বীত্তুন মুক্‌থাইনব চিংথাইনব সগাইনবগী ইমুনাইমু তানবগী হাত্তোকনবগী কন্নব চাংয়েং অম ফোংন অঙাং নোংপোক ভারতসিদ তৌব পামলি হায়বসি আসামগী লৈঙাক্‌ লোয়সঙ্‌গী লৌরিব

ব্রবেপ N, BDG 45? 85/217 d'd. Dispur, the 21st July 1 80 ন মথেক্ লাইব খুদম্নি ॥

হন্দক্লী মীতৈ মনিপুরী অমদি বিশ্নুপ্রিয়া অনিগী মরুপকী লানগী মহৌদি মুংসিন্দব অমদি খাইবুং খাইবুং তাত্তুন হিংমিন্নব মুংভাইতবত নত্তুন ৫ শেমন ইস্থিগতি থ্গাইদন অক্রব মহৌদি থক পুবক্লোই। মসিগী মহৌমক্তা অনিগী চাউখং লমজেলদ মীরোম্পসিনগী নামৎ মাংহনব নত্তুন অ্বানোংপেক ভারতকী শাজনিতিগী ওইব লৈবাক ভাক্লোনদ অসোইব অশানা কয় মীমাংদ পুথা ক্লুন উৎপোক পত নত্তুন চাং-তাব হাযব হাহৈগী সিজিন্নমম্স্ চাউন পীগদৌরি।। লোযন লোয়নন নক্ন মুংসিন হিংমিন্নবিব থংনব লৈপাক্ অনিগী মরা তাব মুংসিনব মচেৎ—মচেৎ তাহনত্তুন ৫ শেমন ইন্থিগতিদ সেক্হনগদৌরি অমসুং লৈভাক্লোলগী মরা চেন্নব ধারুব যাদব কিভম্দ পুক্নিং নিংকোক নিংকোক হিংহনগদৌরি ॥

**হুয়ানিংব খরঃ**

মবম চাদন ত্রিপুরা লৈভাক লোযসভন বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী লেঙ্গুএজ এ-ভাইজরী কমিতি" হায়ন নৌন সেমত্তুন অনৌব লাং থাক্তুন মমাংগী যেৎনত্তুন লাক্লিব লাযসিন্ন্নিব বিষ্ণুপ্রিয়াগী ব্রাথোক্পু 'বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী" হায়ন সক খংবগ লোযনন প্রাইমারী লেবেলদগী মহৈ তম্ হেননব অয়াব পিথিব অত্তুবু হন্ন মপুং ফানবা মরা চেৎন তানব সিন্ব লাংলোগী খংন খংন থৌওই উসিৎতন তৌব মওংসি সাথিন পেন্দে অমসুং য়ানিংদে লোয়নন অসিগুমলব মিৎতাংব মিৎসেপ্প লৈভাক লোযসভ্বু তুক্কচদব ভমদে ॥ বিষ্ণুপ্রিয়াগীত ওইব লোনগী বোর্ড কমিতি সেন্নদ "মনিপুরী" হায়ব ব্রাহৈস বিষ্ণুপ্রিয়াসিংগী মমৈ মকোক্ত নপসিন্দুন নৌন ব্রাথোক্ হেন্নব মচাক লাংসিন্বসি-কা হেন্মল্লি ॥

অত্তুগী মথক্ত নৌন 'বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী ভাষা উপদেষ্টা কমিতি" হায়ন নৌহৌনন সেমদোকলিব মনিপুরী পকসিনব কমিতিসি সকসেম

"-সেম্কম্ থোক্তে. মরম চাদে. য়ানিংদে অমসুং নৌন সেম্লিব কমিতি ত্রিপুরা সরকারগী তথ্য, সংস্কৃতি ও পর্যটন অধিকার ন সৃঃ ১৮৭৬. আগরতলা ১৬ জুন ১৯৮৯ দ থোকপ চেরোলগী মতুং ইন্না রাজ্যসরকারন হিরমসিদ হেন্না খংব লেঙ্গুএজ স্পিসিয়েলিষ্ট রেজিষ্ট্রার জেনরেল ওফ ইন্দিয়া অমসুং অতৈ অতৈ যানব মতুং ইন্না তাইসিন্নবগী মওংদ ভারত লৈঙাক লোয়সঙগী রা তাগনি ১সুং লৌগনি হায়বনি।

অতুন, ভারত লৈঙাক লোয়সঙগী রা তাবিগদব লৈরবদি রাফমসি নৌহৌনন ত্রিপুরা সরকারন খন্ন নৈনকবগী মরম লৈতে অনৌব কমিতি বিফোর্ম তৌতুন সেমল্লুবগী কান্নব লৈতে মরমদি হায়ন ভারত লৈঙাক্ লোযসঙগী ACLIMHR ন থোকপ চবোলগী No 3/3/93/1235 dtd 16/11/88 ন বিষ্ণুপ্রিয়াসিংন তৌরিব রুমসি মরম চাদে হায়ন অথিংবপিতুন লাওথোকখ্রবনি ॥

পীরম লিব থাজবন্থ মরা লৌব যাদে অমসুং লৌনিংদে। মবমদি. ভোত ময়া নক্সিল্লক্পদ তাং-তৌরব মাল্লি, পোলি তিকেল ইস্কুসিংদ অনৌব ঈথিল পীবনি. খুদোংচাব লৌবনি। মতুগী লংলব খুদমদি ১৯৮৩ দা হিভেম্বর সোইকিযাগী মতমর মসান লিদ. তৌতুন বঙ্কুপ্রিয়া লান.বু সৌগৎতুন মনিপুবী নপ সিন.খিবগী অয়াব পীনব হোৎনখিব মতমতুগী বিষ্ণুপ্রিয়া- সিংগী লান গী কেপ্তেন্নি। অতুবু তসেংন পুকচেল সেংন সান-ফুগৎলিব। হৌরিব ঈহৌবু নেম্থহন্দুন তং তাব পুন্সিগী তাইসিন্নব পুরক্তুন ভারত লৈঙাক লোযসঙগী আরতিকল ২৯।১। বু ভাক্তুন তৌবীরবদি কেন্দ্রগী লুচিংব অম ওইন থাগৎতব ওমদে। নত্তহুন পোলিতিকেল ইস্নুগী তাং ওইব তারবদি থান্না পুম্নমক নংহন্ব নত্তা কন্নিবু ওই- জব কংলোই।

অমরোম্দ আসাম্গী লৈঙাক লোয়সঙন বিষ্ণুপ্রিয়া লোলগী মতাংদ বিষ্ণুপ্রিয়া "মনিপুরী" হায়ন মীতৈসিংবু (মনিপুরী তত্তন কায়হৌবিব

অমম মহন্ন থক্ ওইরোই। কোং-কোং লাৱিব ইস্ গী মতাম আসামগী লৈঙাক্ লোয়নসঙ্গী অনৌব থৌরাং, অনৌব থ্রীংবেং লোজিক্ কেল ওইদে, যুক্ষম য়াওদে — অথুব কেৎনেত দিসিদম্ন য়াবেল হেংদোক্ হৌবন ময়া চেংপ য়ায়কব ওইবত নতুন অচুম্ব মিংয়েংগী পথী কংগনি। নত্তুন বিষ্ণুপ্রিয়া শিংবু বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী" ওইহন্নবদি এ, জি পি, লোইরে, কংগ্রেস পোলিসি মায়পাকলে।

অদুগ শিংনন সাউন থা চিক্ন হায়নিংব অমব বিষ্ণুপ্রিয়া শিংবু "বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী" হায়ন সক্থংহন লাওথোকপসি — "INSANE RECOGNITION" (লায় সকতাকপ) নি।

চহি কয়াগী মমাংদগী লাল্লমহুন সাগৎলক লিব ঈহৌসিগী মথি ফোংব হৌরক্পদি খৃঃ গী চহিরোন ১৯৭০ দগী ত্রিপুরা অমসুং আসাম্গী কসারদ অহানব ওইন মনিপুরী য়াহৈসি নমসিন্নব কয় হোৎনরক্খি।

অদুবু মরাইবক্ থিবদি -চুম্ন য়েংব মিংয়েংন অচুম্ববু উহন মতম-হুগী অসাম্গী লৈঙাক লোয়সঙ্গী মপু ওইরিব আসামগী গভরনরন ১৯৭৭ গী জানুয়ারী চৈচৎ ২৯। ১। ৭৭ দ তৌরক্রিব ক্রেম্গী দিমা-দ্বগী মনিপুরী হায়ব য়াহৈসি লোথোক্নগ বিষ্ণুপ্রিয়াদমক্ হায়হন মমা-লোন্ন প্রাইমারী লেভেলদগী মহৈ তৎগী অয়াব মতমহুন পিগ্নরনি। পীখিব ওরদরগী **extract copy** মখাদ পীজরি।

An extract copy from the Assam Gazatte, Dt. 27. 4 77.
pt. (ii) (A) p./p. — 1418.

Dated, 29 th January, 1977.

No · EMI. 169/ 74/ 137 – the Governor of Assam is

মথাদি লাঃ ৩,৩২ দা

